


# লিলাদা চঙ্‌বশিংমী

নুপাঃ—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | থাংজীং | — মোইরাংগী লাই |
| ২। | ঝাংব্রেন | — |
| ৩। | থংমাই কোংদিং অহনবা | — মোইরাং নিংথৌ |
| ৪। | চোথে থংমাই পাখংবা | — যুবরাজ |
| ৫। | শারুংহনবা | — মোইরাংগী অঙম্বা |
| ৬। | অঙোমজাম্বা | — শনুলেম্বীগী মপা |
| ৭। | খোংহনবা | — শনুলেম্বীগী মোপ্বা |
| ৮। | লোনয়াম্বা | — অঙোমজাম্বগী মবাই |
| ৯। | কবুই চীংশাংলাকপা | — হাও নিংথৌ |
| ১০। | নিঙোল্লাকপা | — অঙম্বা অমা |
| ১১। | কৈশুম হঞ্জবা | — ” |
| ১২। | খোম্বা | — শারুংহনবগী মনাই |
| ১৩। | খোইবা | — ” |

১৪। হাওপাখং, লোইশঙমচা, খোংমী লাম্মী অমসুং মাইবনচিংবা

নুপীঃ—

| | |
|---|---|
| ১। শনুলেম্বী | — অঙোমজাম্বগী মচানুপী |
| ২। লাংমৈরেম্বী | — শনুলেম্বীগী পোক্তবী মমা |
| ৩। স্না লাংহৈনু | — শনুলেম্বীগী শিথ্রবী মমা |
| ৪। পেনু | — শনুলেম্বীগী মতা |
| ৫। থম্বালনু | — ” ” |
| ৬। কাইদিজিলু | — হাও নিংথৌগী মচানুপী |

অসিনচিংবী মাইবী খরা—

---

# শনুলেম্বী

---

**অহানবা মতাংগী**

অগানবা উৎপা

## থাংজীং লাইমাং

( মতম—মুমিদাংৱাইরম )

[ থাংজীং লাইমাংদা শত্রা য়ুংদুনা পে খন্দুনা অঙম অথৌ ময়াম্না থৌগল তৌরগা থংমাই কোংদিং অহনবা নিংথৌনা লাইমাংদা লাই নীংবগী মওংদা ফমদুনা লৈ। মাইবা-মাইবী নিঙোল-পিবা ময়াম থোকতুনা লাইবৌনচিংবা জগোয় মখল মখা অয়াম্বা শাদুনা লাই হরাওরি। হরাও জগোয় শাবা লোইরগা নিংথৌনা অঙম-অথৌ ময়াম য়েংদুনা হায়রকই ]

নিংথৌ—কেগে ঙাঙোই ফম্নাইবা অঙম-অথৌ পুন্নমক ! য়ারৌ শারম শুনা শাফা ৱাঙম তয়গা চীঙু শরেল চনগদবা ঙসিগা থানা কোরৌ শীংবুম তরানিদা ঙায়শিল্লক্লে। হয়েং কোরৌ নোংলেন্দা লমলেন তোর্বুং লমজাউদা য়ারৌ শাথোং থিংদুনা চীঙু শরেল চম্নবা য়ারৌ শারম শুনা শাফা ৱাঙম তমগদবসিবু…. … ….?

শারুংহনবা—( চোংথোরক্তুনা নিংথৌ খুরুম্বা ) কেগে নিংথৌ পুরিৎলাই ঙাঙোই লৈবাক মপুরেল ! ইয়া নাপী চিক্লা খুৎফাং চাংজো চেপ্পা সনা খুয়া খাদা খুরুমজরি। অহীং তাইবঙ মঙদম্বা মুংথিল খোয়ুম লাইওইবা পালোই তাবা লাইনিংথৌ ! ইবুধৌ থাংজীং খুয়াখা থম্বাল লৈকা মানবদা চীঙু শরেল চন্নবা য়ারৌ শারম থিবসি মপু য়াথং পিনবিয়ু, নদাইরেম শারুংহনবগী ঋায়রা ইথৌদাং ওইজগে। কোরৌ ঋাংলেন কায়দনা শারম শুনা শা-ফারগা চীঙু খুয়াদা কচ্চগে মপু সনা নোংদম্বিয়ু ইনিংথৌ !

নিংথৌ—মুঙাইদা ! ইদাইরেম শারুংহনবা অথৌবা ! য়াব্রা নপাউ তাবদি পায়মা খৈনা পেল্লিদা অঙম্বা !

( মতমসিদা চোথে থংমাই পাখংবা চঙলক্তুনা নিংথৌ খুরুম্বা ) ।

পাখংবা! পারি নহাক্লা খোংকাপ কমজাও ঋল্লকপবু···

পাখংবা—পন্থৌ ! হয়েং কোরৌ নোংলেন্দা ইবুধৌ থাংজীং খুয়াদ চীঙু শরেল চন্নবা য়ারৌ শারম ফাবসি নপারি ইথৌদা-ওইজগে, পায়মা মুংদা লেপচরে। কেগে ঐখোয়গী উন্মুংলেন মোইরাং লৈবাক্কী শায়োকফম লমলেন তোর্বুং লমজাউদগী য়ারৌ শারল শুনা শাফা ঋাঙম তম্লগা চীঙু খুয়া খাদা চঙনা শরেন চনজগে মপু সনা নোংদম্বিয়ু।

নিংথৌ—পারি ঋাঙ্গোন নিংথৌ ! চীঙু শরেল চন্নবা য়ারৌ শারম ফাবসে পারি নথৌদাং ওইগে পায়মা মুংদা খনব্রা ?

পাখংবা—নপারি খৈনা পাগজৈ অপোকপা !

নিংথৌ— মুঙাইদা, পারি য়ারা নপাউ তাবদি উনগোই পুক্নীং পেল্লে। কেগে শারুংহনবা অথোবনস্থ চীঙু শরেল চন্নবা য়ারৌ শারম শুনা শাফা ৱাঙম তমগে লৈবাক মাঙদা চোংথোরক্লি। হন্দক ইবুঙো থাংজীংগী য়ারৌ শারম থীবসি অকক্লবা মুমিংনি, শোয়ফদবা ৱাংলেম্নি। পারি ইবুঙো নহাক্লা কেগে শারুংহনবগা লমলেন লমখৈ য়েন্নদুনা য়ারৌ শারম শুনা শাফা ৱাঙম তমলুচো। নিংথৌ ঐগী ইফমদা শারম শুনা পুরকপা ঙম্বা মাগী মফমদা খোঙ্গা চাউনা পীগনি। পারি ৱাঙ্গোন নিংথৌ, ইদাইরেন শারুংহনবা ! নখোয় অনিনা নথুং চাবা লাঙ্গোই শগোল তোংদুনা খোংমী লান্মী পুদুনা শাফা ৱাঙম তমলুচো।

শারুংহনবা—ইনিংথৌ ! ( মখোয় অনিনা নিংথৌ খুরুম্বা )

---

# অনিশুবা উৎপা

## শন্নুলেম্বীগী য়ুম

( মতম—নুমিদাংরাইরম )

খোংহনবা—( মনুংদগী ) য়োঃ য়োঃ ইচে, য়োঃ য়োঃ ইচে ইচে !
( হায়না মখুত্তা শাঙ্গে অমা পায়দুনা চেল্লকই )।

শন্নুলেম্বী—( ইমুংদগী থোরক্লগা ) ইদুনিংথৌ কাওরেন ষণশিং শুরব্রা ?

খোংহনবা—শুরে ইচে ! ঙাঙবা কাওরেল লাবদি ঙাওমন্দুনা মঙক কোঙ্গোঈ লাংবা ঙমদ্রে।

শন্নুলেম্বী—(নুংশা থিবা উৎতুনা ) মাঙলেদনা ইদুনিংথৌ, ইঙ্খোলগী চমলৌ য়েঙ্গ্লাং মনা মশীং লোইনা শিংনা শারমলগনি।

পেনু—খোইনৌ ইতা শনুলেম্বী............( কৌদুনা চঙলকই )

শনুলেম্বী—( মপান্দগী ) ইতা ইবেম্মা ! ঐহাক কাওরেল কোঙ্গোই লাংলিয়ে। নিঙোল মোংবা ইরানয়াই, অরা পোথাবিরম্মু। ( ময়াম ইমুংদগী ফক লোথোক্লগা ফমই। শন্নুলেম্বী চঙলক্লুনা ) খোয়নৌ ইতা চান্নবীখোয় ! ইতা নখোয় ময়াম্না নিঙোল মোংবা ইরানয়াই খোংকাপ নাওরৈ থাংবিরকপদি পায়মা য়াব্রা কব্রিনো ?

ধন্বালনু—খোয়নৌ চান্নবী নহাক্তি নিঙোল চনু ওইবীগী হরাও নুঙাই য়াতাফম নহা ব্রাখল লৈব্রবোই। কোয়ৌ বাংলেন

খুদীংগী মাংগী লগদাং তেনশিন্নক তুংগী লমহুম শাংহৌরবী য়ারেল মথৌ কুম্লবী, খোঙথাং মঙম চিন্নবী হম্বুবী মাগী মতৌগুম অন্না পোশ্খা। নৈতনা অহীং মুংখিল থাক্তনা তরেৎ শিনবু শিল্লংদুনা নমু পুন্সি লেপ্লিবা খোয়নৌ করি ৱাখল্লো ? খোয়নৌ শামান লেংমাল্লবী ঐখোয়গী ইরকম্ন তিনদে, হয়াও কূম্মৈস্ন য়াওদে।

শন্নুলেম্বী—খোয়নৌ ইতা চান্নবী! লায়র অদোল তাম্বনা নৈত লায়র থিবদা খোয়নৌ ইতাখোয়গী হৈনা নতুং ইনঙমদে।

খম্বালম্নু—খোয়নৌ! চীঙু থাংজীং হয়াওবা লায়র অনং য়াওফদে মপু য়াথং ফংব্রা ? কেগে মোইরাং নৈবাকী অফ-মুঙাই তাননবা ঙাহোং চাকহোংনা পাননবা চীঙু থাংজীং লাই-মাংদা চহী কুমজা খুদীংগী নিঙোল পিবা থোক্তুনা হয়াও জগোয় শাবনি। কোয়ৌ নোংলেন অমত্তা চীঙু থুয়া খাদুদা তাউজিং হৈরুক কাদবা শিঙেল নৈরাং কত্তবা খোয়নৌ করি ৱাখলনো। চীঙু মাবু থওইদ্রবরা ?

শন্নুলেম্বী—খোয়নৌ ইতা চান্নবী! নিঙোল পোকপা পম্মৌনা নৈত লায়র থিবা লোইবী চীংদা কাখিবনে, পলেম ইমানগা তরেৎ কৈথেল কাবনে, ইচুনিংথৌ অসিগা নতা ঐগদা ঙায়বসিদা মোংবা ইশাইকোল থাদুনা চৎনিংবা কোঙ্গাই নতানা ইনিং তম্বা ঙমদেনে ইতারোই।

পেম্নু—করি য়াবানোদা ইখোয়নৌ ! চীঙু থাংজীং হয়াওবা কুমজা চুপ্পা হয়াওদে। পলেম ইমাম্নু কোরৌ নোংমতংদি তরেৎ কৈথেল লেপকৈনা। নত্তেদা ইখোয়নৌ, হয়েং কোরৌ নোংলেন্দি নিঙোল ঐখোয় পূম্না চীঙু থাংজীং লাইনাংদা জগোয় খুৎথেক কৎলুসি।

শনুলেম্বী—খোয়নৌ ইতা চান্নবী ! করি হায়নবু নতানা চিঙ্গোয় য়াবা পাউথুম্নসিগে। পলেম ইমাগী য়াবা মপাউ তাদনা নতানা করম্না অরেপ্পা য়াবাবু চিঙ্গোয়নরসিগে। নতা ঐম্নু ইতাখোয়গী হৈনা নতুং ইন্দুনা চীঙু থুয়া খাদা জগোয় খুৎথেক কচ্চনিংঙি।

পেম্নু—ইখোয়নৌ। পলেম মানা য়াদনদি নতা ঐখোয় ময়াম্না য়াননবা চিঙ্গোয়নগে। পলেম্নসু করিগী য়ারোইদদগে খোয়নৌ। চহী কুমজা অসিগী কেগে মোইরাং লৈবাক্কী মুঙাই ময়াং কায়নবা ঙাহোং চাকহোংনা পাননবা য়াইফ কোলোয় তাননবা লৈবাক চঙন চীঙু থাংজীং হয়াওবনি।

খম্বালম্নু—খোয়নৌ পায়মা নুংদা চিংনা পরৈনবিগম্নু। ইতানা হয়েং শুগদবা তরেৎ শিন্থা লৈরনম্নু নতা 'ঐখোয় ময়াম্না তরেৎ শিনবু শিনবাংজগে।

( খোংহনবা ইমুংদগী পোররক্নগা )।

খোংহনবা—। ইচে ! তরা চবুক লামখ্রেদা, তরা লৈত্রবরা ইচে !

শনুলেম্বী—( মোপ্পাগী মশম মনা নাম্বিদুনা ) ইদুনিংথৌ ! ইচেম্না নঙগী তরা থাক্লি। কোরৌ চুপ্পা কাওরেল ষণয়ান শেনবদা ইপ্পাদি অন্না হুইজোং লাংলরিগনি, চৎলো, নাওবা চারা তমলুরো। ( খোংহনবা ইমুংদা চাক চাবা চঙখিবা মতমসিদা মমা পোক্তবী লাংমৈ-রেম্বী ভাংল ভাংলদুনা শাউনা চঙলকই)।

লাংমৈরেম্বী—মাঙ্লে তুম্লেদনা চন্নৌ য়েনশাং মনা মশিং পূম্বা। হায় শনুলেম্বী লমহেম্বী ! নদুনিংথৌ শীগৈজন অদু লমলেন কৈদা থোশিখ্রে। কাওরেল শেল্লু থারগা ইংখোন্দা ষণয়াম হৌইজিল্লগা পীজথোক্লবোরে।

শনুলেম্বী—পলেম ! ভাঙ্বা কাওরেল অসিনা খিৎ ভাওমনখিবনা মঙক কোঙ্গোই লাংবা হোৎনবদা চন্নৌ য়েঙ্গাং খরা চাখ্রে।

লাংমৈরেম্বী—চিন্থিবী ! মচিন্দি নোইনি কবোক পোকপদু মঙাই; কেগে খুল্লক কোয়বদা কাওরেল ফাজিনবা ঙমহৌদ্রগা ওইদা মীনম য়াবানা নত্ত নমথাক তৌদুনা কাওরেল ভাওই য়াবা পাউখুম্বা শাই। লমকেৎপী, কেগে খুল্লক কোয়গনবী ! নঙনা শুবা শিন্থাবু ঐনা খঙলোই নীংব্রা ? নোপ্পা শীগৈজন অদুনা লমলেন কৈদা থোশিখ্রে ?

শনুলেম্বী—কোরৌ চুপ্পা কাওরেল ষণয়াম শেনবদা তরা চবুক লাম লাইজ ঈথৌ লাংবনা ইদুনিংথৌ চারা তমলি পলেম্।

লাংমৈরেম্বী—কদায়দগী তরা লৌরুদুনা চারা তমহল্লিবা। পাখং শরেপ ফারাফাও ঝাংলেন থুদীংগী চায়া তম্বা তোক্লিত্রা।

শম্নুলেম্বী—নমোমগী চারা শরুক্তগী ... ... ... ...।

লাংমৈরেম্বী—( ঝা থংতুনা ) করি চিম্থিবী করি। নঙগী তরা শরুক্তগী খাক্তুনা চায়া তমহনবনি, য়ারা পাউখুম্ববু শাই। নঙগী তায়া চালুক্তু নোঙ্গাখুবী নমানা কোয়ৌ নোংমদোল থক্তগী থাদরকপরনহে ?

শম্নুলেম্বী—( মথয়ায় শোক্লা হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা ) পলেম ! নমোম্নু ওক্তে-শিংদে য়ারা কোলোয় মীচৈনবিয়ু। ইমম অসিম্তু শীংনা শানা চৈরাক চৈথেং পীনবিয়ু। লমহেনবী মমোম ঐ'মা পোকপদগী খমনুং শারা তানখ্রবী য়ামজেম মৈরা মুংখ্রবী পলেম্নু পিবন পাবয়দুনা য়ারা মীচৈনবদদি তো-বিগন্নুবা পলেম !

লাংমৈরেম্বী— করিনোহে চিম্থিবী ! নঙনম্নু ঐগী চিম্থক্তা য়ারা পাউখুম্বা শারিত্রা ? ঐবু থাদক্কী নাওরাগুম ঝারক ঝা-তেমলিত্রা ? পলেম পম্লো হনবী ইবেম্মা ! ঐবু লুকমাই থক্তা হাপ্তুনা কৈরোয় মৈকায় মমাঙদা য়োনবিগে খোয়াংলিত্রা ? ফত্ত নরমচৎ অদুনদি নমা অপোকপী ফাওবা কোয়ৌ নোংদা কাখ্রিবদো।

শম্নুলেম্বী—(কপ্তুনা) তোকপিরো পলেম, নমোম্না লানবা ঙাক্তনি।

লা মৈরেম্বী—( মতা ময়ামদা ওনশিন্দুনা ) ইবেম্মখোয় ! কোরৌ শিংখোং রায়রবরা কেগে খুল্লক কোয়বা হোবিররিত্রা ?

থম্বালনু—পলেম ! ঐখোয় কেগে খুল্লক কোয়বা হোবা লাকপা নত্তে। চহী কুমজা অসিগী কেগে মোইরাং লৈবাক্কী লুচাই য়াইফা তাননবা চীঙু থাংজীং হরাওবদা নিঙোল ওইবী ঐখোয়স্থু জগোয় খুৎথেক কৎলুসি খোয়নোবু হোবা লাকচবনি।

লাংমৈরেম্বী—ইবেম্মখোয় ! নখোয়দি রাত্র-পাদ লৈরিক লৈরাক থনবা পলেম পম্বোগী মযোমনি। নখোয়গী হৈনা নতুং ইনবা ঙমজ-লাকচপোৎ নত্তে।

পেনু—পলেম শকপী ! খোয়নোনা শৃগদবা তরেৎ শিন্থা লৈরবস্থু নমোম ঐখোয়না তরেৎ শিনবু শিনবাংজগে। হয়েং কোরৌ নোংলেন্দদি ইতাগা চীঙু থাংজীং লাইমাংদা জগোয় খুৎথেক কৎগিন্নজগে।

লাংমৈরেম্বী—ইবেম্মখোয় ! রায়াম পাউয়ামদুনা কান্নররোই। কোরৌ শিংখোং রায়খ্রে, খোয়নৌ নমান্নবী অতৈ হোরুরো।

( লাংমৈরেম্বীনা শম্নুলেম্বীদা খানা য়েংলম্লগা ইমুংদা চঙখি )

শম্নুলেম্বী—খোয়নৌ চান্নবী ইতাখোয় ! ওল্লকপা লাংহৈ কুমজাদা হৈনা নতুং ইনজগে। পলেমগী য়াবা তাবদা পুকখা লিনখা থাবিগম্নু।

থম্বালম্বু—করিগী পুকখা লিনখা থাগদগে। খোয়নৌ নহাকপু য়াওহননিংডুনা হোয়বনি।

লাংমৈরেম্বী—( ইমুংদগী ) হায় চিঙ্থিবী ! কোয়ৌ শিংখোং ঋয়শিল্লক্লে তরেং শিল্লংগেদি হায়দ্রডুনা ঋরেম য়াৱা পাউ মেন্নডুনা ঋাংলেন হোখিনবা থৌশিল্লিব্রা ? ইবেম্মখোয়, লায়র অদোন তাম্বন! হৈনা নতুং ইনবা ঙম্মোইদৌরি। ঋাংলেন ঋায়খ্রে খোঙ্‌শাল্লো।

পেম্বু—খোয়নৌ ! ঐখোয়স্থু খোঙ্‌শাল্লগে !

শকুন্তলা—খোঙ্‌দোইনিরো—ইতা চান্নবীখোয়। ( মতা মপ্পাম চৎখিবা মায়’কদা য়েংলুরগা হিক্কা হিক্কা কপ্পুনা মপি তৈখোকচবা )।

লাংমৈরেম্বী—( ইমুংদগী থোরক্লুনা ) করিনো নহৈ লমহেনবী নঙগী শাজৎসিনো ? কোয়ৌ মালেম নংশিল্লক্লে খাম্বী মৈরা থাঙ্গৎকেদি থোরাংনডুনা খাঙ্ থক্কা পলেম পম্মৌ কাঙ্ক-নবদোনা পুকনেন পাউনেম্নরিবডুনো। পম্মৌ নপাম্থ লোইবী চীংদা কাখি। নঙনা কোয়ৌ চূপ্পা হয়াও জগোয় শাবা চৎখ্রগা ইংখোলগী চন্নৌ মনা মশিংসি কেগে কনা লাক্লুনা য়েংবিরগনি। ঐস্থ তরেং কৈথেল লেপ্পা য়াদে। খোয়নৌ নমান্নবীশিংদা ঐবু পোক্ক পোক্কবী তাহন্দুনা থাঙ্গা লৈকায় মীগাংদা য়োনবিরিবা নত্ত্রদো। নতাশিংদা ইনশিন্দুনা—“ইতানা শূগদবা তরেং শিম্বাড়

শিনবাংগে ” চিঙ্গোইনরগা চৎহনগনি খনব্রা ? শূবি নোম্বিরেনে অরা পোথাদনা তরেৎ শিন্থাসে ।

শন্নুলেম্বী—পলেম ! খোয়নৌ ইতাশিংগী মকনদা পলেমগী কো-লোয় মিংলেন আথবা য়ারা অমত্তবু চিঙ্গোয়নজদে নযোমনা ।

লাংমৈলেম্বী—পায়মা লিন্দাংশাংবী ইবেম্মা উনবী পুক্লীং খঙজরে । ( মতোমদা ) মরাইহেদি লাংবল খোইরেল হীগুম্মি, পায়মা পুকচেলদি তাইরেল হিগুম লোইখোইনৈ । ফত্তবগী ফত্তবা থাঙ্গা নৈকায় লান্না ভাঙনগে ভাঙনরসন্নু, কেগে কংলামক য়োগদবা য়ারাদি খোক্তেদনা । নোপ্পা শীগেজন অদো— চারা তামলি হায়বা ! নৈরমসন্নু খঙগনি । ( হায়না ইমুং চঙখিদুনা ভাংলুই ) ।

লাংমৈলেম্বী—নথিবোং তরাদি লাল্লগা চক্ম থন্নবা চাগনি মখঙই । কাওরেল কোঙ্গোই লাংদ্রগা ইংখোলগী চনশৌ য়েঙ্গাং নৈহৎকনি হায়বদি খঙদব্রা ?

(হায়না ফুবা, খোংহনবনা পলেম হায়না কপ্পা, অমুকস্সু ফুরক্লবদা ইচে ইচে হায়না চেন্থোরক্লুনা মচেদা কোলৈ, লাংমৈলেম্বী শাউনা থোরকই ) ।

শন্নুলেম্বী—পলেম ! ঙসি কোরৌ নোংদদি পায়মা নুংগী অশাউ খাম্বী মৈমুৎপিরো ।

লাংমৈরেম্বী—হায় ! নঙনা অদুম হাকন চঙবনা নদুনিংথৌ অসি নৱাংদুনা লমকেৎ লমহেল্লিবনি। ওক্কবা নৌপ্পা অসিবু নঙনা ৱারক ৱাতেম্বা য়াহন্দ্রে। ঙসিদি মনম অসি শিংনা শানা চৈরাক চৈথেং পীগদবনি। (হায়না অমুকস্থ ফুবা)

উরাখোংহনবা—(কপ কপ্তুনা) পলেম ! কাওৱেল ষণনা ঙাউ-মনখিবনা মঙক কোঙ্গোই লাংবা ঙমহৌদ্রে।

লাংমৈরেম্বী—খরাই পোঙ্গাল য়েৌরকপদা নচে কৌবদি নচিন পান্দ্রা ? চিন্থক্লা য়াৱা প্যাউখুমগনিদি খঙবা শাই। কদায়দা লৈগ্রে কোংয়াং ৱাশা শাজৈদো।

(হায়না য়েনখাদা চৈ থিবা চৎখ্রিৈঙদা খোংহনবা মমা কিদুনা চেনখি, মত্থু উবদা চৈ উক্ত্রুনা)।

খঙগনি হঙ্গিন্থকউ। নখিবোং তরা পীজরোইদবনি। তরা চাক্কা থোংগন্নু। নখিবোং পান্দবা নখোয়দি কোরৌ চুপ্পা চারা হেনবনা মতিক চায়।

(হায়না চৈনা চৈনা ইমুং চঙখি। শন্মুলেম্বী না মুংশা খিদুনা মৌপ্পা থিবা চৎখি। লাংমৈরেম্বী ইমুংদগী থোরক্তুনা য়েংবদা শন্মুলেম্বী লৈরমদবা খঙগনি ঙসিদি 'শরিসো' অসি হায়রগা শাউনা ইমুং চঙখিদুনা থোং লোনশিনখি। ঙহাক

ৈলেরগা অমম্বা ময়ক্তা শন্নুলেম্বীনা মৌপ্‌বাবু কোন্দুনা পুশিল্লকই। খোংহনবনা কিদুনা চঙসি হায়বা য়াদে। শন্নুলেম্বীনা থেম্লগা ইমুং চঙগে তৌবদা খোং লোনশিন-খিবদুদা ঙক্কুনা মমা কৌই )।

শন্নুলেম্বী—পলেম! থোংজি নাতৈ কাংবিয়ু, চারা পোরোন শৎপিয়ু। ( মমা খুমদবা ) পলেম, নমোম্না কৌজরিবসিবু তাবিদ্রবা? হন্দক্কী অসিদদি নপারি নগোম অনিগী ইরাল ঙাকপিয়ুনে পলেম!

লাংমৈরেম্বী—( ইমুংদগী ) লৱাই কোক্লেন শাবনা হৌগৎ কাংখৎ ঙমদ্রে। চারা পোরোল শঙ্গুনা থোংজি নাতৈ কাঙবা ঙম্লরোই।

শন্নুলেম্বী—( মুংশা থিদুনা ) নত্তে নত্তে; পলেম! পায়মা ৱাখল অদু থাদোকপিয়ু। অহীং তাংলৌ অসিদা ইদুনিংথৌ পুদুনা যুমথংনবা কনাদা নমোম্না য়ারেকল্লুগনি। ঙসি কোরৌ নোংজাদি নপারি নমোম অনিগী ইরাল ঙাক-পিয়ুনে পলেম!

লাংমৈরেম্বী—ঙম্লরোই চিঙ্গোয়নরিবা অসিনি, য়াৱা মথা তাবিরগনু

শন্নুলেম্বী—( মৌপ্‌বাবু চেৎনা কোনখৎলগা ) ইদুনিংথৌ! ঙসি কোরৌ নোংদি পম্ৰৌ মাঙ্গোল মথৌবোম লায়র ইচিল ইপ্‌বা খোয়েন তুমখুল তাল্লসি।

খোংহনবা—ইচে ! অহীং তাংলৌ অথেংবসিদা করম্না খোয়্নেন য়াতাগনি। অকি পরৈ চল্লক্লে, ইরান মুংদা য়াতারুসি। ( হায়না মচেদা চেৎনা কোনশিনবা )।

শন্নুলেম্বী—ইদুনিংথৌ ! নাওরা পায়মা উলগোইন্নুং অকি পরৈ চনগন্নু। ইচেমগী ফৈরা তাজিনথক খোয়্নেন তুমখুল তাল্লো। ইন্নুং মীশেল খাওদুনা তাংলৌ চুপ্পা ইচেম্মা নঙবু ঙাক শেনগনি। ( হায়না মোপ্‌াবু মতম্পাক্তা চিঙ্খৎতুনা তুমহনবা মশা নানবিবা)

ইচেমগী ইবুঙো মুংশিবা, ইদুনিংথৌ লায়রবা ! কোরৌ মৈশা মরক্তা কাওরেল ষণয়াম শেনবদা অরা হুইজোং লাংলুবা ইচেমগী ফৈরা তাজিনথক খোয়্নেন শাংবা য়াতারো ইচেম্মা নাউবু শুমগেকো। ( হায়না মোপ্‌াবু নানবিদুনা তুমহনবদগী মাঙ্গ খঙহোদনা তুমথখি। ঙহাক নৈরগা লাংমৈরেম্বী খোং হাং-দোক্তুনা য়েংলল্লগা তুমখ্রে খঙলদুনা খোং অমুক থিংজিনখি। শন্নুলেম্বীগী মমংদা মমা সনা লাংহৈন্নু উই। মমাগী খোনফমদা মপান্দগী ঈশৈ শক্লকই )।

ঈশৈ :— ইমাগী ইবুঙো মুংশিবা
পারি নাওবা চাউদ্রিবা
পায়মা খোল্মি কংদুনা
উনবী চফম তিংলিবা

লাইজ ঈথৌ লাংবনা
তুমথুল হুনবা ম্লাদ্রিবা
পারি ইবুঙো ইমানা
তরা খোম্লাং মায়োক্লগে
খোম্মি কংনা থকউকো।
ইমাগী খোম্লাং অসিনা
পারি নবুক য়্যোবদা
তরা চক্কম ওইদ্রনা
শামা পাক্লল কনজোকো
অরাম খোরাং লৈরন্নু।

(ঈশৈ লোইরগা অঙোবা ফিজোন্দা লাংহৈন্নুনা চঙলক্কুনা মচাবু নানবিবা মতৌ উৎলবা)।

ম্লালাংহৈন্নু—(নপান্দগী মাগী খোনকমদা) ইমাগী ইমোম ইবেম্মা! লাইবক চাউবী নহাক্না অবা মৈচাক খাঙবদা তঙীং ন্নুংগিল অনিদা কপ্পতনা নশিল ওইবদো ইমা য়েংবা ঙমদ্রে। ইমোম য়ামজেন লাইবক্কা চীঙু নোংদমখোল খিখিবনা হন্দকী মপোক লাঙোনদি ইমা ইচা শেৎনরে। মপোক লাঙোন অমদা ইমা ইচা উমসি। কোয়ৌ য়াংলেন থুদীংদা চীঙু মাবু কাউগন্নু মোমন্নু নত্তেং ওইগনি। পারি নাওবা চাউদ্রিবা নহুনিংথৌ অপিশক

পলেম শক্লা নাউকোল্লু, পম্বৌ শক্লা নাউয়োকউ। নহু-নিংথৌ থাদোক্কমু নীংথিনা ঙাক শেল্লুকো, ইমাগী লাংলেন চরৈন্নু। (অসি হায়রয়গা খঙহৌদনা মাঙখি। শকু-লেম্বীনা ইমা হায়না খংকৌ কৌরকতুদা মিকপ থোরকই। মমা লৈরমদ্রবদা মমংনি হায়না খংদুনা মমাবু কৌদুনা কপচরকই।)

শকুলেম্বী—পলেম ইমা ইবেম্মা! নমোম লাইবক চাউবীগী শামা ইত্তেং পাংগে খোংদোইবিরকপরা পলেম? নমোম্না কৌজবসে তারবদি অমুক্তুদি খুমবিরকউগবা অপোকপী। তরা চফম ফাদবা ইদুনিংথৌ অপিশক, পলেম য়েংবা ঙমদহুনা তরা খোল্লাং মায়োক্নবিরম্লিব্রা? খোম্লেন মংলান-চান্দদি পলেমগী মুংশিবা চেংলোদো নমোম্না উজহৌই। তাইবঙ্ মালং পানসিদা পলেম নঙগী চেংলোদো অমুক হন্না উজবা ফংলরোইদকো নমোম্না। (হায়না মখোল থোক্লা কপ্লকই)।

লাংমৈরেম্বী—(ইমুংদগী ঙাংদুনা থোরক্লগা) অহীং তাংলৌ অথেংবদা তেংথা নাউরোইরিবসিবু ঙরাং কোয়োদা খরা ঙাঙ শকখিবগী মলোম্না লৈরোয় লৈকায় তানবা লাউ খোংলিব্রা ইবেম্মা (হায়না চৈরকপা মমানা চৈরকপা তাবদা খোংহন্বা মিকপ থোরক্লনা মমা কিদুনা মচেদা কোনশিল্লি)।

খোংহনবা—ইচে!

শকুলেম্বী—ইদুনিংথৌ! (হায়না অবাবা মৈচাক খাংদুনা কপ্না কপ্না মৌপ্পাবু কোনশিল্লি)।

অহুমশুবা উৎপ

# চীংয়াগী লৈকোল

**মতম—অয়ুক**

[ শকুন্তলাম্বীনা মতোমতা য়েঙ্খাং হেক্তুনা লৈরিঙৈদা শারুংহনবনা মনাই ময়ামগা লোয়নননা শাতানবা লাকপদা থেংনৈ। শকুন্তলাম্বী ডুবদা মনাই ময়াম চংখি -- শারুংহনবা লৈথহোদুনা শকুন্তলাম্বীগী মনাক্তা চঙশিল্লকই। ]

শারুংহনব—মুরা ইবেম্মা নহাকপু কেগে খুন্থক চমুয়া? মোইরাং খুনখা নিঙোল্লা? অরাং চোথে নোংচুপচীং মখল তোমু মচীংলেন লোইবী চীংদা শাংলিবী খারম লৈশোক ঙাংবলৈ শীঙেল মাগুম নীংথিবী মুয়া চেংলৌ উরকপা কোরৌ শিংবুগ য়ায়ক্লে। নিঙোল পোকপা পলেম পম্থোনা মুরাগী কোলোম্ন মিংলেন করি থোনবগে?

শকুন্তলাম্বী—কেগে লাল্লোই ফম্নাইবা! নিঙোলগী কোলোম্ন মিংলেন থঙলগা অঙম্বগী করি কাম্নগনি। নারক্তা শাংপী লৈরাংনি, লায়র অদোল তাম্বী নিঙোলনি।

শারুংহনবা—নিঙোল পায়মা উলগোইমুং তম্নাং তশোইনবিমু। তাংজগুম মকু হুফদবা লিলহাগুম মতাং শিংফদবা কেগে লৈকোইবুংদা ইনীং তমনা পানবা ঐহাক্লি। কেগে মোইরাং লৈবাক্তা শারুংহনবা ইফম নাইবনি।

**শনুলেম্বী**— নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা কেগে লৈবাক্কী ফম্নাইবা খঙজদে নিঙোল ওইবীদি। লৈবাক্কী থৌয়াম পুবা অঙম্বনা নিঙোল নাক্তা লৈরগা অঙম্বা থৌবু শিংকত্রা পায়মা সুংদা খনজৈদো ।

(মতমসিদা লুমতনা তারম্বা মতাশিংনা নোকথোরকপদা, শারুংনবা ইকায়না চংখি)।

**পেনু**—খোয়নৌ ইতা ইবেম্মা! চমলৌ য়েঙ্গাং হেকপা লাক্লগা পায়মা সুংগী সুংশি লংলা লং'জল চিংথোক্লমল্লিবোরেকো ?

**শনুলেম্বী**—(ইকায়না) খোয়নৌ করি য়াবানোদা। নিঙোল ওইবী ঐদি লায়র অদোল তাম খম্নো অয়েং চেংবনা সুংশি লংলা লংজিল খঙজদে। কোরৌ বাংলেন খুদীংগী পলেম পন্থৌ অনিগী কোলোয় মম্বাথং তুংইম্নবনা নিঙোল ওইবী ঐগী ইথোদাংনি খঙ্জেদো।

**পেনু**—সুংশি লংলা লংজিন্দি চয়ৈ ফিগুম থুপচাননা তাবু নুংদা থম্নগুম নিঙোল পায়মা উলগোইনুংদা থুপচান্নবা হৌনশানে। খোয়নৌ মাগী করি মরাল লৈবগে ?

**শনুলেম্বী**—ইখোয়নৌ! নত্তানা চিঙ্গোয়নরিবা য়াবাসি অরেপ্পনি। নিঙোল পায়মা নুংদা থুপচান্নবা য়াবা লৈজদে। নিঙোল ইকাদা চিঙ্গোয়নরম্বা তম্নহ চেংলৌ মশক খঙজদে, কোলোয় মিংলেন তাজদে।

থম্বালনু—খোয়নৌ ! নিঙোল পায়মা নুংগী ব্রাখলবু খঙজেদো। হয়াও য়াকা তম্নবা ফাগি কাদি তৌদুনা চিঙ্গোয়নবনি।

পেনু—ঙরাং কোয়ৌ নোংলেন্দি খোয়নৌ ইতা নহাকপু চীঙ্গু থাংজীং হয়াওবদা জগোয় খুৎথেক কৎলুসি খোয়নৌবু হৌবা লাকপদি নতা ঐখোয়গী থৌইনশিন্না পলেম্না য়াব্রা মীচৈনবা থৌশিনববু তাখ্রেদো।

শনুলেম্বী—খোয়নৌ ইতা চান্নবী প্যায়মা কিশি কিবিগনু। পঙ্গৌ ইপানাদোয়া লোইবী চীংদা কাখিবনে, মীয়োল লৈতবদুদা পলেম্না থিংবনি। পলেম্না অশাউ থাম্বী মৈহোনবদি খোয়নৌ নখোয়না খোংদোইরকপগী নত্তেদো। যণ-গারকপদা ইদুনিংথৌনা কাওরেল কোঙ্গোই লাংহোদবদা চমলৌ য়েঙ্গাং চাখিবদুদা পলেম্না য়াবা মীচৈনবনি। ওল্লকপা লাংহৈ কুমজাদা ইতাখোয়গী হৈনা নতুং ইনজগে।

পেনু—ফয়ে খোয়নৌ ঐখোয়গ্না চীঙ্গু খুয়াদা কৎনবা শিঙেল লৈয়াংলুখিগে, খোয়নৌ চান্নবী নঙস্থু চমলৌ য়েঙ্গাং হেকহোয়ো।

শনুলেম্বী—ফগনি ইতা ইবেম্মা ! (মতাশিংনা চৎখিবা মায়কৈদা

মুন্না য়েংলুরগা মখবায় মুঙাইতদুনা
মমিত্তা মপি শিন্থরকপদু তৈথোকই।
মথুক্তা পায়রিবা হৈত্রাংনা য়েল্লাং কেং

ঙোই হেক্তুনা লৈ। মতম অসিনা অরাপ্পদা চোথে থংমাই পাখংবনা শগোল তোংদুনা মনাইময়ামগা শাতাল্লকপগী মখোল তাবদা কিরদুনা শনুলেম্বী অপূংবা চরোৎ হাবুং মরক্তা চঙ্‌শিন্দুনা নাথুপচৈ। অরাপ্পদগী পাখং-বনা তেল কাপললকপদা শনুলেম্বীগী য়েৎথংবা খুজেংদা পাল্লি। শনুলেম্বীনা ওঃ হায়না চৈনাখোল খাংই। পাখংবনা মাং থারগা মনাই ময়াম চেল্লকই। শনুলেম্বীদা তেম্না পানবা উবদা পাখংবনা মনাইশিংদা শা থৎলু হায়না ইঙ্গিৎ তৌরগা মুংশাথিদুনা শনুলেম্বীগী মনাক্তা চঙশিল্লকই। পাখংবনা শনু-লেম্বীগী মথুক্তগী তেল অদু শৎলগা শিন্থরকপা ঈ অদু থিংনবা ফৈজোম শেগায়রগা পুল্লি। মখোয় অনি য়াদ ঙাংনদনা লোম্না লোম্না য়েংনৈ। ইকায়-দুনা অমুক অমুক লুকথনৈ )।

পাখংবা—য়ারৌ শজি শঙাইদা, পাখংনা তেলবু তেন্দম্বা, তেনজিন মাপা শোয়দুনা নুরাগী শমু খুৎজেংদা তেনজিন মানা থেৎথিবা পাখং ঐগী ইমাননি।

# মরিশুবা উৎপা

# তোর্ব্বুং লমজাউ

মতম—মুনিৎদাংব্রাইরম

[ শারুংহনবা মনাই খরগা লোয়ননা শাদানবা লাকই। অতোপ্পা ময়াকৈদগী খোম্বা, থোইবা মখোয় অনিনা লুচিংদুনা [illegible]। ফিংনা লাক্কুনা শারুংহনবদা ব্রা হায়নিংবা মতৌ উৎলৈ।]

শারুংহনবা—ইদাইরেম! য়ারৌ শাখোং লীরুবা য়ারৌ শজি ফারক্কুবদি শারম থিবা ফংদ্রবরা?

খোম্বা—ফংডি অঙম্বা! অদুবু মপু কাদা য়েংপা থোক্লগদ্রা পায়মা মুংদা খন্দুনা হুয়াই পোম্বী মায়খুনা অথোবা নফমদা য়ারা পাউদমজগে লাকচরিবনি।

শারুংহনবা—ইদাইরেম! য়ারা ফিগৈ শেংড়ু। কেগে অঙম্বা কনানা য়ারৌ শাথোং থিংবগে?

খোম্বা—চীঙু শারম লক্কুগী য়ারৌ শজি চেনখিবা য়ারৌ খোঙ্গুল লীরুবদি ব্রাঙ্গোন নিংথৌ মথংখম্কগী য়ারৌ শাফমদা চেনশিনখ্রে। য়ারৌ মাবু শাফাগে তেমশিংলুবদি ব্রাঙ্গোন নিংথৌ মদাইরেমশিংনা অকল অরিং শিংদুনা ব্রাহৈ খুবাম চাউনা য়ারা কোলোয় মীচৈনবদি পায়মা খৈনা মুঙাই-খিদ্রে অঙম্বা।

শারুংহনবা—করি ইদাইরেম ! ব্রাঙ্গোন নিংথৌ চোথে থংমাই পাখংবগী মদাইরেম্না মতিক মঙাল উত্তুনা অথোয় নাপল কাতুনা ব্রাহৈ খুবাম চাউনা তয়ুং নখোয়বু নাইদ নাইথাং অতাক্লা শারুংহনবা মানা করি তৌজরগদগে মতাগুম য়াব্রা কোলোয় মীচৈনবদি মানা কৈদা হেন্দুনা। ইদাইরেম নখোয়স্ত কেগে নিংথৌ পুন্নিংলাইগী মদাইরেম্নি। ব্রাঙ্গোন নিংথৌ মাগী মদাইরেমস্থ লিক্লাই মাগী মদাই-রেমনি। তয়ুমশা ! ব্রাঙ্গোন নিংথৌ মকাদা য়াব্রা ফিগে শেংনা য়ারৌ শাখোং লীরুসি। করিগুম্বা মথংখন্দগী পায়মা সনা উনগোইনুং মদাইরেমশিংবু হাকনচং মীচং শঙ্গল নাইথ্রবদি ইদাইরেম নখোয়গীদমক্তা চুং ওইনা লেপকদবা শারুংহনবা ঐহাক্নি, পায়মা করি চিংনবগে ?

( হায়না চৎকে তৌবদা চোথে থংমাই পাখংবা লাকপাউবদা শারুংহনবা মনাইশিংগা লোয়ননা মকোক নোন্দুনা খুরুম্বা )।

পাখংবা—কেগে লালোই অথৌবা ! চীঙ শরেল চনগদবা কোরৌ শিংবুম হুমনিদা মঙাইরে। ঙসি কোরৌ নোংজাদি চীঙ শারন পুতুনা ইয়ুম কেগে মোইরাং পাংলগে পায়মা মুদা খঞ্জরে। অঙম্বগীবু য়ারৌ শারম শুবিরব্রা ?

শারুংহনবা—ব্রাঙ্গোন নিংথৌ মবুঙো ! পায়মা মুংগী য়াব্রাগিবু মপু খুয়া খাদা করম হঙ্গৎলসিগে ?

পাখংবা—( ঙক্তুনা ) শারুংহনবা অথৌবা ! মালং মুংশিং অকনবদা শুমাই লাকং য়ানবগুম অব্র! শক্রোন পুতুনা মায়থোং লৈদা লুকপবু পায়মা ব্রাখল করিনো ? কোরৌশিংবুম কক্রা চীঙ্ শারম খিববু শারম শুবা ঙমদ্রবরা ? চোথে থংমাই পাখংবনা কেগে মোইরাংদা পাল্লিঙে অঙম্বগী অরাংপা করি লৈগনি।

শারুংহনবা—রাঙ্গোন নিংথৌ মবুঙোগী মপু মনা পায়মা নুংদা খনবিরিবা য়াব্রাবু নদাইরেম শারুংহনবস্তু খনজেদো। চীঙ্ মানা অমাত্তন, নমু তাইবংনা অগানীং য়াব্রা কারন চংনরবস্তু রাঙ্গোন নিংথৌ মপুনা রায়েল পরিং চুম্না থা, শারুংহনবা ঐবু খজিক পায়মা নুংদা মুংশিবিরবদি নদাই-রেনগী অরাংপা করি লৈগদগে ?

পাখংব—করি য়ারানো অঙম্বা ! চোথে থংমাই পাখংবা ঐদি করিগুম্বা নোংদস্তু অচুম য়াব্রা তুংওইনা ওইদা নমথাক মাঙওইনা রায়েল পরিং পৈবা য়াওখিদ্রিনা অঙম্বা। অত্তগীস্তু মথক্তা, থম্না লাকোল লুরোই থক লাইজ লিক্রা তাবগুম, থরায় লিক্রা শক্লবা নমু তাইবং পুন্সিদা রাংলেন মিকুপ খরগী য়েংতুনা রায়েল পরিং পৈবদি নমু তাইবং ঐথোয়গী হৌনা লমচৎ নক্তেনা।

শারুংহনবা—অচুম্বা য়ারানি রাঙ্গোন নিংথৌ ! মপুনা চাল্লগা মনাইনা চাউবনি, মনাইনা ফরগা মপুনা রাংবনি মবুঙো!

শারুংহনবা—শামা পাঙ্গল শোনবনা চীঙু শারম শুমবা শাফা ম্বাঙম তম্বদি ম্বামা থোকইদো নদাইরেম শারুংহনবদি ম্বাঙ্গোন নিংথৌ ! লমলেন তোর্ব্বুং লমজাউদগী চীঙু শারম শুনা শাফা ম্বাঙম তম্নগা চীঙু খুম্না খাদা কৎনবা ইয়ুম কেগে পাংলকপদা কেগে য়াংদৌ লম্মখাংদা ম্নারৌ শজি অমত্তং শায়াম লক্কগী নাম্বোক্তুনা ম্বাঙ্গোন নিংথৌ মবুঙোগী লমলেন লমখৈ শাফমদা ম্নারৌ শজি শাথুপথ্রে। খোংলোয়শিংনা ম্নারৌ শাফাগে তেমশিংলুবদা মপু মনাই অথোবশিংনা শারুংহনবগী ম্নারৌ শাতানফম লমলেন শাকোল নত্তে চিঙ্গোয়নদুনা ম্নারৌ শাখোং লিহনখিদবনা নদাইরেমগীদি চীঙু শারম ম্বাংপা তারে। নদাইরেমশিংসি মপুনা চাল্লি মতাঙুম ম্বাহে থুবাম চাউমল্লি। কেগে চৈরাকপুং, কুচু থোদাকনদা পুখত্তুনা চৈশিং ককনা ম্বায়েলনিম্ন ম্বাঙ্গোন নিংথৌ।

পাখংবা — অঙম্বগী ম্নাবাসিবু ইদাইরেমশিংগী মরাল ওইকম থোক্লেনা। শারুংহনবা অঙম্বা নহাক ঐহাক লমলেন লমখৈ যেননদুনা চীঙু শারম শুনবা ম্বায়রা শাখিনবনিনা। অঙম্বগী শমু নথুত্তগী নাম্বোক্তুনা চেনখ্রগা ঐগী শাফমদা ম্নারৌ শাখোং লীদুনা ম্বায়রা শাতানবদি মপু ম্নাথং তুং ওইনবা তাগনিনা অঙম্বা।

শারুংহনবা—হিঃ ম্বাঙ্গোন নিংথৌ ! নদাইরেমশিংগী হাকনচং, ম্নারৌ শাখোং লীদুনা ম্বায়রা শাতানবা ম্নাদে চিঙ্গোয়-

শারুংহনবা--নবিবা মপু পায়মা মুংগী ঙনগোই পুক্লীং থংজরে। চীঙু শারম পুচুনা কেগে লৈকোইবুং পাংখিরম্মো। নদাইরেমদি অরাংপা শাহুৎ থিরগা হৈনা নতুং ইপ্পরকে। অমম অঙাল খায়রিবা চীঙু মানা নোংদম পরিং চুম্লবদি শাশিং শুনা শাফারগা মপুগী মাং থানা চীঙু শরেল চনজগে।

পাখংবা—শারুংহনবা! অঙম্বা পায়গা মুংদা অথোয় নাপল কারবদি চীঙু নোংদমখোল য়েংনসি। অঙম্বা নমাংদা য়ারৌ শা অনিখক শায়াম লক্তুগী থাদোক্কে। বাংলেন কক্লা য়ারৌ শাশক তিননদনা শাফা বাঙম তম্লগা চীঙু খুয়া খাদা শারম শুনা শরেল চনবা খোঙহাই হানবা তায়সি।

শারুংহনবা—বাঙ্গোন নিংথৌ মবুঙো! নখা থাবা ননাইনি পায়মা মুংদা হন্দুনা নদাইরেম শারুংহনবদা অতুগুম্বা য়াবা চিঙ্গোয়-নবিগনু। মপু মনাই ওইরবসু মাওবী মতুপ হাংনদবা কাওরেল মাপা তাসনবা শাগান লেংমাম্লবনি, মপুগী হৈনা তুংইম্না হৈমল তাবা পুনজগে লৈমল তাবা নিজগে! নদাইরেমসু শাকা বাঙম তম্লবা য়ারৌ শায়াম লক্তুগী বাঙ্গোন নিংথৌনা থাদোকপা শাশিং কায়দনা থাদোক-চগে। বাংলেন কক্লা য়ারৌ শাশক তিন্নদনা শাফা বাঙম তম্লগা চীঙু খুয়া খাদা শারম শুনা শরেল চনবা খোংহাই হানবা তায়সি। নদাইরেমসু খোংশানজরে।

( হায়না শাউনা চৎখিবা )

পাখংবা—কৈ তম্ভুম্বা ! চীড় নোংদমখোল য়েংনসি ।
( হায়না অতোপ্পা মায়কৈদা চৎখি ) ।

---

## মঙাশুবা উৎপা
## শনুলেম্বীগী য়ুম

[ শনুলেম্বীগী মাঙ্গদা লোনম্বাম্বগা অঙোমজাম্বা মপাগা ষারী শাদুনা লৈ ]।

লোনয়াম্বা—শেরোরেলগী নকমদা পাম্বমা য়াবা খরদং পুক্নেন পাওমেন্নরিবসি ইথৌ নত্তা ইথৌ শাবনি ঙ্গশিং চারন তানবদা লেমলৈ ঙাতানবগুন্নি। ইচল সনা লাংহৈংগী মকাদা মবুং ঐনা মনীং থুংহনবা ঙমখিদে পাম্বমা নুংদা শন্দুনা ইমৌ ইমাক অনিবু ইবুকথোক্কী পারি ইমোমগুম পাম্বমা খৈনা নুংশিদে। ঐগী য়াবা অসি তারগা ইচল লাংমৈলেম্বীগী মকাদা মীচৈ য়াবা কোলোয়না মপাম খোংদানবা মহু মুমদা কুম্নবা চিঙোয়নবদি নত্তে। লৈকায় পাউমিলখোল তাবদি পায়গা খোইরাং খোই-শাউই।

অঙোমজাম্বা—নশেলনা করম য়াবা পাউখুম্নসিগে। পারি ইমোম্নু পোকচবী মোমনু লাইবক চাউবী লাংহৈম্নুনা খমম্নুং শাবা তাল অমং য়াইথোং কুমখুবদা পারি নাবানদি পলেমগী খোল্লাং তংনবা য়াদবা বাংলেন ওই পাম্বমা

খোঙ্মি কংদুনা ইন্নুং চুপ্পা নাওবা মীকপ্পয়ক্লবদা ইমোম লাংলেম শন্নুলেম্বীনা পলেম মমা শাজুনা মচুনিংথোবু নমদা পোরগা থাঙ্গা লৈকায় লাম্না তরা খোয়াং ইন্দুনা নাউয়োক নাউকোনবদু কৈরোয় লৈকায়না উরদুনা অঙোমজাম্বা ঐবু তালোয় তুয়িল তম্মু নপাক্সি নমোম অনিবু নাউয়োক নাউকোলহল্লু চিঙ্গোয়নবদু পাক্সি ইমোম অনিগী য়াইফা কোলোয় ওইগদরা পায়মা সুংদা থন্দুনা নৌনা য়ুমলেপ চারা লিংলুবনি।

লোনয়াম্বা—শেয়োরেল! নপাক্সি নমোম্বু নাউয়োক নাউকোম্নবা য়ুমলেপ চারা লিংবদি করিগী অরান শিংদা চনগদগে? ইবাইনা চিঙ্গোয়নবদি পলেম ওইবীনা মপাক্সি মমোম্বু রারক রাতেম্বদি পলেম ওইবীগী মথৌদাংনি। মপুং মরৈ ফারবী থাজ য়োনজ য়ারবী ইমৌবু ইচল লাংমৈরেম্বীনা থাঙ্গা লৈকায় লাম্না রারক রাতেম্বদি শেয়োরেলগী তাংজ মায়খুবা ইকায় ফিরুক খুম্বনি। ইমৌ শন্নুলেম্বীনা পলেম ওইবীগী মক্ষমদা অয়োল কারন চনখ্রবস্ত্র মবুকথোক্কী মমোম ওইরম্নবদি নাউথি শাজবনি পায়মা সুংদা খন্দোক্তুনা কেগে পনবাল লাম্না রারক লয়োইদবনি।

অঙোমজাম্বা—চীঙ্ নাবা তমখিদুনা অঙোমজাম্বা ঐগী ইমোম ওইনা পোক্লবদি ইমোম মাম্মী য়ামজেম মরাইবক থীবনি। পলেমগী ফৈরা থক্তা তরা খোয়াং মায়োক্সবিঙৈ তিল্লাং খোমছান্দুনা য়াইবী মাঙলম্নবদি অসুম্না অরা মৈশা

লাংলমনোইদবনি। লায়ম অদোল তাম্বনা মোংবা ইরান মুংদা লেঙহনা পারি ইমোম অনিবু. লাঙ্গোমবসু ঙমদেদো নশেম্না। পোক্তবী পলেম ওইবীনা করম্না নাউঘোক নাউকোৎলিবগে হায়বদুসু থঙদবা নত্তে। ইমোম মাবু থাজ য়োল্লজখ্রগা মোমন্ত য়ামজেম লাইবক্তা চীঙুনা করি ওন্থিরগবা খোয়ুম নোংলমখোল ঙাইজবনি।

লোনয়াম্বা—অচুম্বা য়াবানি শেয়োরেল! নবাই ঐনসু লমদম তাম্না লৈবনা ইমৌ ইমাক অনিবু কোয়ৌ শিংবুম খুদীগী অরাং অপা য়েংশিনরসু ঙমদেদো। পম্বৌ ওইবা নহাক্না নপ্যারি নমোম অনিগী চুং ওইনা লেপ্লবদা পলেম ওইবী মহাক্না করিগী তাশি তাওইনা রারক রাতেম্বা ঙমগনি। তাংজ লিনসু শিন্নবা কোংয়াং চৈশুসু তেক্তনবা শেয়োরেল নহাক্না খৌশিল্লু।

(মতমসিদা লাংমৈরেম্বী পোৎয়োম অমা পুতুনা চঙলকই)।

লাংমৈরেম্বী—ইবুং খোঙদোই লুনবিরকলিব্রা?

লোনয়াম্বা—ইচলখোয়গা উনদবা কোয়ৌ শিংবুম য়াম্লে। ঙসি কোয়ৌ নোংদি নখোয় খাইগা রারী শিংবুম শাগে খোঙদোইরক্লি। (লাংমৈরেম্বী ইমুংদা পোৎয়োম পুতুনা চঙখি। ঙহাক লৈরগা খোয়কুনা)

লাংমৈরেম্বী নহাক্না নপারি নমোম অনিসিবু রারক রাতেম্বদা নবুকথোক্কী নপারি নমোম নত্তে পায়দা মুংদা

খনফরোই। ইমৌ ইমাক অনিনা পোক্লবী পলেম্নি খন্দুনা হেদোই হেনাউ কাঙ্‌দুনা ইচলগী য়াবাবু তুংওই-নরক্লবদা মনম শিংনা শানা চৈরাক চৈথেং পীগদবনি য়াইবী মথবায়দা খক্কদবনি। শেরৌরেলনা লোইবী চীংদা কাখ্রবা বাংলেন্দসু নবুং ঐনা ইচলগী শামা নতেঙ্‌ পাংগনি। লাংমৈরেম্বী নহাকপু ইবুংনা অতোপ্পনি খন্দে পোকমিন্নবা ইচলমক্লি খল্লিদো। তাইবঙ্‌ চেং-জেল য়াম্লক্লবনা মশানী শিন্থাবু ইন্দুনা মপারি মমোম অনিবু পুন্সি মুংশাংনা নাউকোনখিদ্রবী :কারৌ নোঙ্গানখ্রবা য়ামজেম মৈরা মুৎখ্রবী নচেম লাংইহনুবু য়েংলগা নপারি নমোম অনিগী অশোয় কোঙ্গাই ঙাক-পিয়ুকো। তরা মীরক তিন্নবা ইচলনা বারক বাতেগবিয়ু। অদুদি শেরৌরেল! (লাংমৈরেম্বী বা খুমদনা মরু ইবাই খোংশাল্লগে, লুক্কুনাইকায়না তাদুনা লৈ।)

লাংমৈরেম্বী ইবুং খোংশাল্লে (হায়না চৎখিবা)

লাংমৈরেম্বী—(লোনয়াম্বনা চৎখিবা মায়কৈদা শাউনা য়েংলুয়গা অঙোমক্লাম্বদা ওনশিন্দুনা)

হিঃ চিনবানপোংদদি লাংবল খোইহীগুম্বা, পায়মা মুংদনা তাইরেল হিগুম লোইখোইনবা অসিগুম্বা য়াবাসি শমু নাকোংদা হাপচনিংদে। বাংলেন শাংনা পুন্সি তোলোইনা য়াঙ্গোইমিন্নসি পায়মা মুংদা খনবিরবদি অসিগুম্বা য়াবাসি চিঙ্গোয়নহনবিগনু, লৈকায় পাউনিলশোল তাবিরুগনু।

অঙোমজাম্বা—লাংমৈরেম্বী ! করি য়াবানো ? ঐখোয় খ্বাইগী য়াইফ কোলোয় ওইনবা ইবাইনা চিঙ্গোয় পাউমেন্নরম্ব-নিনা। ইবাইগী চিঙ্গোইনরম্বা য়ারাদা ইকায় ক্রিরুক খুম্বা করম্বা য়াবা য়াওদুনা পায়মা খাম্বী মৈহৌনরিবনো ?

লাংমৈরেম্বী—পলেম ওইরিবী ঐনা ইবুকথোক্কী পারি ইমোম ওইরবসু ওইদ্রবসু শমু খুৎচায়বা বারক বাতেম্বদা কেগে কৈরোয় লৈকায়না মিৎয়েংনকম থোকপ্রা ? পোক্কবী পলেমনি পায়মা মুংদা খল্লুদে কোরৌশিংবুম অমত্তবু। মখোয়না পায়মা পিবুক ফত্রগা ঐবু পোক্ক পোক্কবী তাহন্দুনা কেগে লৈকায় মমাংদা তাংজ ক্রিরুক্লনবা হুয়াই শেঙ্গোই মাইখুনবা থৌশিনবিরি।

অঙোমজাম্বা—লাংমৈরেম্বী পায়মা খোইদাখো ! পারি ইমোম অনিগী য়াইফা কোলোয় ওইনবা ইবাইনা পলেন পম্ভৌ ওইবা ঐখোয়দা পুকমেন পাউমেন্নরম্বনি। নবুক পুকচেল পিক্কনা করিগী অদুক পুকলৌ পারৌরিবনো ? মালংগী শঙম ফংলগা পামেল উমানা লেংবনি, লাইজ মুংগী অরু অথেন্দি থরোগী লৈখোক্লা তাকপনি। কোরৌ অসুক কুইবসি লৈকায় পাউমিলখোল তারবসু লাংমৈ-রেম্বী নঙবু পায়মা মুংদা চিংনরমদে। ঙসি কোরৌ নোংদা নংগী য়াবা তাবদা চিংবা পরৈনরক্লে। কাংদোং ফারবী ইমোমবু কেগে পনবান লাম্না বারক বাতেম্বদি নবুকথোক্কী নগোম নত্তে পায়মা মুংদা খনত্রা ?

লাংমৈরেম্বী—কেগে চিনকেলফবী কনানো চেংলৌ শকখংলবদি মচিন্দু থোদ্রু উৎনা নোইগদবনি। কৈরোয় কনাগী মীরা মীচান্নবিদুনা কাংদোং ফারবী নমোম্বু লৈকায় পনবান লান্না রায়ক রাতেম্মী চিঙ্গোয়নরিবনো? কেগে ফৌশু খোল তারগা খুবাক কুয়োল হুবিদুনা য়ুমশংবী ঐবু ফক্তশিংদা চনহনবিগনু। অস্নুম্না খোয়রাং খোয়শাউনা পুন্সি তোলোয়না য়াঙ্গোইগদবগী শরুকপুদি ঐমক্তা ইপাম খোঙ্দাজখ্রগে ইদু য়ুমদা কুমজখ্রগে।

( মতমসিদা শন্নুলেম্বী লোং খোল্লুবদগী চঙলকপদা মমাগী রা তাবদা ঙক্তুনা লেপ্লি )

অঙোমজাম্বা—অচ্চা! লাংমৈরেম্বী! ঐগী চিম্নক্তবু য়ারা পাউখুম্বা শাই। নহাক্না নপাম খোংদাবা নদু য়ুমদা কুম্বদা ঐনা করিগী থিংগনি। রাংলেন থিন্দনা নপাম খোঙ্দাবা য়াগনি। ( লাংমৈরেম্বী শাউনা চৎকে তোবা মতমসিদা শন্নুলেম্বীনা লোং থাদরগা চেনশিল্লক্তুনা )

শন্নুলেম্বী—পলেম! লমলেন, কৈদা খোঙ্দোই হুনবিগদৌরিবনো? পলেম নহাক লৈত্রবদি নপারি নমোম অনিবু কেগে কনানা লাঙ্গোনবিগনি। ( মপাদা ওনশিন্দুনা ) পম্মৌ অপোকপা! কেগে কনাগী মীরাবু য়াচান্নবিদুনা পায়মা খোয়রাং খোয়শাউবিরিবনো? পলেম ইমা ওইবীনা

নমোম ঐগী ইফমদা ৱাহৈ খুবাম চাউনা মীচৈ য়াৱা কোলোয়নবা লৈতেদো অপোকপা! নপারি নমোম অনিবু নাউয়োক নাউকোনবিনবা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা কনা লৈবগেনে অপোকপা!

অঙোমজাম্বা—লা'লেন! (ঙক্লা কৌবা)

শন্থুলেম্বী—(মমাদা) পলেম! নপারি নমোমগী য়েংবিদুনা অশাউ খাম্বী মৈমুংপিয়ু। নপারি নমোম অনিগী মপোক লাং-ঙোন অসিমদি পলেম পন্থৌ শুনা নাউয়োক নাউকোন্দবা তাহনবিগনু। নমোম্না লেমলৈ ঙারম থিক্লুরে। তরেং কৈথেল কারুবা অৱা হুইজোং লাংলরিগনি। ইরাম্নুংদা চঙ্লসি খাঙ্গোন হকচিক লাংবিয়ু নমোম তম্না থৌরাংজরগে

(হায়না শন্থুলেম্বী মমা লাংমৈরেম্বী পুশিন্দুনা ইমুংদা চঙখি। মতম অসিদা কবুই চীংশাং লাকপনা মপান্দগী কোদুনা চঙলকই)।

চীংশাং লাকপা—পাথৌ অঙোমজাম্বা লৈতবরা?

অঙোমজাম্বা—পাথৌ ইবুঙো কবুই চীংশাং লাকপা নত্তবরা?

চীংশাং লাকপা—মানি পাথৌ ইবুঙো! (হায়না চঙলক্লগা মখোয় অনি কোম্নে)

অঙোমজাম্বা—পাথৌ ইবুঙো! লোইবী চীংশাং পাংলগে খোঙশান বিরক্লব্রা?

## তরেৎশুবা উৎপা

## শকুন্তলেম্বীগী য়ুম্

[ উয়া খোঙহনবনা মথুক্তা শাজৈ অমা পায়রদুনা য়াম্না ফিংনা মচে কোয় কোয়রদুনা চেল্লকই ]

খোংহনবা—ইচে, ইচে !

শকুন্তলেম্বী—( ইমুংদগী থোরক্তুনা ) ইদুনিংথৌ ! তয়া চফম হাংলব্রা কাওরেল কনাদা শিন্নরম্লে।

খোংহনবা—তলা পামেল উরুমদা কোয়ৌ মৈশা থাঙবদা য়াংলেন শিকুপ থরদং খোয়েন তুমথুল হুল্লুরে। ঐনা খোয়েন মিংকপ থোরকপদা কাওরেল নাক্তা লৈরমদ্রে। কেগে থুল্লক চত্তুনা কাওরেল থিবসু থঙ্দরে। পলেম তারবদি তয়া চাকসু পীজররোই করম তৌনি ইচে।

শকুন্তলেম্বী—ইদুনিংথৌ ! ইচেম কাওরেল থিরুগে। ইপ্পাদি কোয়ৌ চুপ্পা কাওরেল ষণয়াম শেনবদা অয়া হুইজোং লাংলয়িগনি। ইচেম্না তয়া থাক্লিবনি, চায়া তম্মুরো ইদুনিংথৌ !

খোংহনবা—মত্তে, মত্তে ইচে ! পলেম্না য়াবা মীচৈ থাংলয়গনি। ইচিন ইপ্পা থিমিয়রুসি ঐ তয়া লামদে।

শনুলেম্বী—ইদুনিংথৌ নঙ ঐ পূম্না চৎথোক্লবদি ইরান্দি কনানা শঙহোগনি। ঐখোয়গী তুংদা কাওরেল যণগারক্তুনা চম্মৌ মনা মশিং চাথোকখ্রগা পলেম্না য়াবা মীচৈ থাংগনি নাওবা চারা তমম্মু ইচে কাওরেল থিরুগে। তরা চাক লোয়রগা খরাই থোঙ্গান্দা কাওরেল যণগারকপা য়েংউকো ইদুনিংথৌ !

খোংহনবা—য়েংগে ইচে ! ( শনুলেম্বী যণ থিবা চৎখি। উরা খোংহনবনা ইমুংদা চাক চাবা চঙখি। মতম অসিদা অতোপ্পা মায়কৈদগী লাংমৈরেম্বী চংলকই। শনুলেম্বী উদবদা )।

লাংমৈরেম্বী—শনুলেম্বী ! শনুলেম্বী ! ( মমাগী মখোল তাবদা খোংহনবা কিদুনা চাক চাবা লোইদনা মথুম্ভা চাক ইতে তৈদুনা মপাল থোরকই। মদু উবদা লাংমৈরেম্বী শাউদুনা চৈরকই )।

কাওরেল শেল্লু চৎখ্রগা ঝাংলেন অসুক ভম্না হল্লক্তুনা তরা চারমলিবসিবু কাওরেলদি কৈদা থনম্লে ?

খোংহনবা—পলেম ! কাওরেল থিবা কংদদুনা ইচেনা থিবা চৎখি।

লাংমৈরেম্বী—( ভক্লা ) করি ! কাওরেল মাঙলগা খঙনবা থিগোদ হায়দনা, নথিবোং তরা চাদুনা লৈথোক্লিবকো। চৎলু তরা চাবা লায়রি, কাওরেল খঙনবা থিরু। মীগী ইংখোল

চঙদুনা মনা মশিং চারুরগা নোঙ্গাখ্রবী পলেম নমানা লাক্কুনা শিংলগদ্রা ?

( খোংহনবনা কিদুনা মমাদা অমুক য়েং,
কোয়রুপ কোয়রুপ য়েংদুনা লৈ )

লাংমৈরেম্বী—চৎলুনে করি য়েংলি !

( হায়না ফুগে তৌবদা খোংহনবনা য়েনখাদগী
শাজৈ অমা লৌরগা চেনখি। মানা চৎখিবা
মায়কৈদা মুংশিদনা য়েংলুরগা )

খঙ্‌গনি ঙসিদি শরিসো ! মীগী ইংখোল চঙ্‌দুনা লৈকায় ৱাথোক ওইহনসন্নু মনম শিংনা শানা চৈরাক চৈথেং পীগে। কেগে কৈরোয় লৈকায়সিনদি মীৱা

( পোৎ লোইশিন লোয়শিন্না মচিন্দা শোনবা )

ঙাঙ্‌নিংবা শাদুনা মচিল মোপ্পাগী ফক্ত লমচৎ অসিদি হেক উশিনন্দা ঐবু পোক্তবী ঙাঙ্‌গনবী শক্কনবীনি হায়বা পন্থৌ মপাদম্মু য়াৱা পাউদম্বা শারি। মচিল মোপ্পাগী মরমচৎ শাজৎসিদা য়াৱা মীচৈ থাংলোইদবা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা নমু কনাবু লৈরমগবনো ? মখোয় মখোয়দা হেক থোক্লবদি খঙ্‌গদবনিকো শরিসো।

( হায়না ইমুংদা চঙখি। ঙহাক লৈরগা নোং খাক লাউবগী মখোল তাবদা মপান্দা থোক্কুনা য়েংবা )

খঙদ্রে তৌরিবসে। ইঙা নোংলেন নোংহোনা কোরো নোংমদোল কুপখ্রে। নোংলেন নোংখোংনা কনবগে,

ঐনা তৌগদবসিবু করিনো? ওম্ভোক্লা খোইরাং খোই-
শাউখ্রেদকো শরিসো। ওম্ভোকপগী য়ামজেম লাইবক্লিদা
চীঙু নঙনা তম্বসে।

( হায়না ইমুংদা চংগে তৌবদা শকুলেম্বী তফিং
তফিং চেল্লকপা উবদা )

হায় কাওরেল লৈরব্রা?

শকুলেম্বী—লৈরে পলেম!

লাংমৈরেম্বী—নোংলেম নোংখোং ফ্য়না হৌরক্লিবসে উরেদনা।
উরা খোংহননবা লমলেন কৈদা অমুক লৈহৌরে।

শকুলেম্বী—( নুংশা থিনা ঙক্লা ইমুং লোমদা য়েংলগা ) হায়মা
মাদি হৌজিক্তা চায়া তমহৌবদাই! পনেম্না হল্লকপদা
মাবু লৈরমদ্রবরা?

লাংমৈরেম্বী—লৈরম্বনি, কাওরেল থিসি হায়না চৎখিবদাই।

শকুলেম্বী—( নুংশাথিদুনা ) ইঁসঃ অতুদি লমলেন কৈদা চৎখ্রে।
ইদুনিংথৌ অমুক্তা থিরুখিগে পলেম!

লাংমৈরেম্বী—হোয় থিরুরো, থিরুরো। কাওরেল থিবা অমুক
চৎ, নৌপা থিবা অমুক চৎ তরেৎ শিন্থা শুরুরনো।

( শকুলেম্বীনা ফিংনা চেনখিবা মায়কৈদা
নুংশিদনা য়েংলুরগা )

য়েংনিংদ্রেদকো শরিসো মিৎসে নারেদা। কোরৌ চুপ্পা
মৌপ্পাসিদা ঙাক শেন্দুনা লৈখ্রবা। মখোয়সিদা লৈত্রবদি
খুয়া তুশিংনা পানখ্রনিদকো।

( হায়না ইমুংদা চঙখি। ঙহাক লৈরগা অতোম্বা মায়কৈদগী অঙোমজাম্বা পোৎয়োম পুত্রনা চঙ্‌লকই। )

অঙোমজাম্বা—হায়, লাংমৈরেম্বী! ইমোম লাংলেন শনুলেম্বীদি?

লাংমৈরেম্বী—মচুনিংথৌ থিগনি হায়দুনা চৎখিবদাই।

অঙোমজাম্বা—কেগে খুম্বক পাংখিবী মুজাদো ইমোম মাল্লি, হন্না হন্না কৌববু নোংলেন নোংখোং কনববা তাত্রমানে মহাক য়াবা পাউখুম্নমদনা চেনখ্রে। পাম্নি উম্না খোংহনবনা থাঙ্গা লৈকায় খুনলাম্না শান্নখিবা হল্লকত্রবসু কাংদোং ফায়বী ইমোম্সু থাদ্রবসু পলেম ওইবী নহাক্না থিরুবা য়াদ্রা?

লাংমৈরেম্বী—থৌওং থোদোদি খঙদনা খয়াই থোঙ্গাল হেক লানশিল্লকপগ' লুতোন শন্নাং ফোইবিরম্নিবসিবো। মচুনিংথৌ থিরুচো শিম্মাববু নৎচদে। হোয় মায় পুকমেন পাউমেম্নবগা নংহোবা পোৎনত্তে। মৌপ্না থিরুনি হেক্তা মচেনখি। মসিবু ঐগী ইরাল্ল'?

অঙোমজাম্বা—কোরৌ নোংলেন নোংখোং তাবদা পায়মা অকি পরৈনদুনা মচুনিংথৌ থিবা কেগে খুল্লক চেনখ্রিবনিদনা পলেম ওইবী নঙনদি থওই য়াওইদনা লৈথোক্লে। পোৎয়োম অসি লৌশিল্লু।

( অসি হায়রয়গা অঙোমজাম্বা ফিংনা চেনখি।
নোং খাক লাউবগী মখোল তৎতনা তারকই
অঙোমজাম্বনা চংখিবা মায়কৈদা শাউরপনা
য়েংলুরগা )

লাংমৈরেম্বী— ষাংলেন খুদোংগী ঐতবু অরানশিংদা চনহনবা। মখোয়শিং অসিগা চিনদা পাউদানদুনা পায়মা খোইরাং খোইশাউনবনি। মপামচা মখোয় মুভাই য়াইবী মরাং কায়না পানজহৌরসনু, ঐদা ইপাম খোংদাজখ্রগে ইদু য়ুমদা কুমজখ্রগে।
( হায়না শাউনা পোৎয়েংম অদু হেক খাংগত্তুনা চঙ্খি )

## নিপালশুবা উৎপা

# লম্বী লমহাং

মতম—মুমিদাংয়াইরমগী মমশিল্লকপা।

[ নোং-মুংশিংনা মায়কৈ শিনবা থুংনা মমশিল্লকই। মরক মরক্তা
নোংপাং কুপ্লা, নোংখাকপগী মখোলবা নিল্লি। নোং
মুংশিং মরক্তা শম্নুলেম্বীনা মদুনিংথৌ কৌর
কৌরদুনা চেল্লি। অরাপ্পদগী খোম্বাংনা
ইদুনিংথৌ ইদুনিংথৌ হায়রকই ]।

শম্মুলেম্বী—ইদুনিংথৌ! ইদুনিংথৌ—উরা খোংহনবা! ইচেম্না কৌম্নিবসিবু তাদ্রবরনে ইদুনিংথৌ!

( হায়না মোপ্পাবু কৌর কৌরদুনা চেনখি। ওহাক লৈরগা অংঙোমজাম্বা মচা কৌদুনা চেল্লকই )

অংঙোম—ইমোম শম্মুলেম্বী! ইমোম লাংলেন শম্মুলেম্বী! পাম্নি উরা খোংহনবা! ( হায়না কৌর কৌরদুনা ফিংনা চেনখি। অরাপ্পদা শম্মুলেম্বীনা ইদুনিংথৌ হায়না কৌবগী মখোল অদুসু তাবা ফংই। মখোয়না কৌনবগী খোম্থাংনা মায়কৈ মরি নিম্লি। মরক মরক্তসু নোংখাকই, নোংথাং কুপই )

---

# মাপলশুবা উংপা

মতম—মুমিৎদাং য়াইরমগী মমশিল্লকপা।

[ নোং মুংশিং য়াম্না কন্না শিংলি। নোং খাক লাউই, নোংথাং কুপই। নাকল অমদা মচেনা মোপ্‌বা কোবগী মখোল তায়। অতোপ্পা নাকন্দনা মোপ্‌বানা মচেবু কৌরি ]।

শনুলেম্বী—( অরাপ্পদগী ) ইদুনিংথৌ! ইচেম্মা কাওরেল থিবা ফংলে। মোংবা ইরানয়াইদা হল্লসি লাউ।

খোংহনবা—( অতোপ্পা মায়কৈদগী খুমকই ) ইচে! ইচে!

শনুলেম্বী—ইদুনিংথৌ লাও, ইচেম'সিদা লৈরে লায়রবা!

( খোংহনবনা মচেনা কৌরিবা গায়কৈদা হয়াওনা ইচে ইচে কৌদুনা চেনশিল্লকপদা খঙহোদনা অচৌবা উপাম্বী অমা তেকথরক্লুনা উরা খোংহনববু উনা চপ্তুনা থমই। মচেবু চিংনা কৌই)।

খোংহনবা—ওঃ ইচে! ইচে! ( শনুলেম্বীনা ফিংনা চেনশিলক্লুনা মোপ্‌বাবু কোয়ম্লেং য়েংই। অমম্বদা নোং মুংশিং মরক্তা মোপ্‌বাবু কৌ কৌদুনা কোয়থি থি। খোংহনবস্তু ইচে ইচে হায়না খুমই। মোপ্‌বা উবা ফংলক্লুবদা নোংথাং

কুপ্লকপগী মঙাম্না উনা মৌপ্‌্য চপ্তুনা লৈবদু উবদা পাখত্তুনা 'ইদুনিংথৌ' হায়না হোৎচিল্লি। শন্মুলেম্বীনা উ অদু থাংগৎপদা লেংবা ঙমদ্রে )

শন্মুলেম্বী—ইচেমগী ইবুঙো ইদুনিংথৌ! ইচেম্না মুজা পাঙ্গল ওইবনা তলা পামেল অচৌবা লেঙবা ঙমদ্রেনে লায়রবা!

খোংহনবা—ইচে, পন্থৌ ... ... ...!

( হায়না চিংনা কৌজে। শন্মুলেম্বীনা ফিংনা কোয়চেল চেন্দুনা কৌরকই )।

শন্মুলেম্বী—কেগে কনা লৈবগে? ইদুনিংথৌ পামেল উখা থাখ্রে। ইদুনিংথৌগী য়াইবী কনবিয়ু। কেগে কনা কনা লৈবগে?

অঙোমজাম্ব—( অরাপ্পদগী তাম্না কৌরকপা ) শন্মুলেম্বী, ইমোম শন্মুলেম্বী!

শন্মুলেম্বী—ইপা ইবুঙো! নপাম্নি উরা খোংহনবদি পামেল উখা থাদুনা লৈরেনে অপোকপা। নপাম্নি য়াইবী মাঙ্‌বা তারে খোঙহাই থুবিরকউনে পন্থৌ!

খোংহনবা—ইচে... ... পন্থৌ ... ... ইপা ইবুঙো।

( হায়না চিংনা চিংনা কৌরম্লগা খোংহনবা শিরে। মুংশিৎ থরা থরা লেপ্লক্রে )।

শনুলেম্বী—( চেনশিন্দুনা মৌপ্‌াগী মণ্ডকশম কোল্লগা )

ইদুনিংথৌ ! ইচেম্না নঙগী য়াইবীদদি কনগে থৌরাংবদি য়াইবী মাঙবনা হাল্লবোইদো লায়রবা ! লাইবক চাউবী নচেম্মু থনমদুনা ইদু নিংথৌ লমলেন কৈদা চৎলবগে ? পলেম ইগা অপোকপী ! কোরৌ নোংমদোল থক্তগী লৈচিল পোমাই হাংদোক্লগা নপারি নাওরা চাওদ্রিবা ইদুনিংথৌবু খুৎজেং পালোয়ননা পলেম নাক্তা লৌশিন-বিয়ুকো অপোকপী। পলেমগী খোমলাং মবুক থম্না থকপা ফংজহৌদ্রবা ইপ্‌ানি। পলেম নঙদি খাঙ্‌থক্তা নপারি য়াইবী মাঙগনি খঙদুনা লাইবক চাউবী নমোমগী খোয়েন মংলানচান্দা নদুনিংথৌ থাদোকনু পুকমেন পাওমেন-নবিরমত্রা ? ইপ্‌াবু নাক্তা থমদুনা ঙাক শেনবা ঙমদবনা খাঙ্‌ থক্তা ইদুনিংথৌ য়াইবী মাঙ্‌লেদো অপোকপী। ইদুনিংথৌ ! ইবেম্মগী ইবুঙো ইদুনিংথৌ !

( হায়না ওনথোইনা কপ্পল্লগা য়াম্থখি। মতমসিদা অঙোমজাম্বা ফিংনা চেনশিল্লকই )

অঙোমজাম্বা—ইগোম লা'লেন !

( হায়না শনুলেম্বীবু কোনথৎকে তৌবদা মচা উনা চপ্তুনা শিরিবদু উবদা পাখঙ্‌না )

পারি ইবুঙো ! উরা খোংহনবা ! তৌরিবা মতোমিদি করিনো ? ( হায়না উ থাঙ্গৎতুনা মচাবু লৌথোকই )

অঙোম—পারি ইবুঙো নুংশিবা! ইপাদি মাঙজরেদনা। পারি ইমোম অনিবু য়োকপা ঙম্বরা ইপানা লোইবী চীংদা কাতুনা লৈত শায়র খিরুবদি পারি য়াইবী মাঙনবা পো-ক্লেদে। ইপাগী লাংলেন ইবেম্মা! ইমোম নঙসু নদু-নিংথৌগী হৈনা নতুং ইল্লব্রা?

শনুলেশী—(ঞ্জান তারক্কুনা হোগংলকপদা মপা উবদা) ইপা ইবুঙো! পন্থোনা খোঙহাই খজিক হাল্লয়বদি ইদুনিংথৌ য়াইবী মাঙলম্লোইদবনিকো অপোকপা! পামেল উনা চাউবনে নমোম্মা শামা পাঙ্গল শোনবী নুজা ওইবনা ইদুনিংথৌগী য়াইবী কনবা ঙমহৌদ্রেনে অপোকপা!

(হায়না মপাদা কোন্দুনা কপ্পা। মানা ইল্লিবা ফিনা ফিগা ও শারগা অচাওবগী মতৌগুম কোয়না চেন্দুনা মৌপ্পাগী মখরায় মঙাবু কোশিনজে)

ইদুনিংথৌগী য়াইবী মঙামক! মিগা থানা তরুকমক! য়াইবী নঙ হামবোইবিগনু, মিখেন নঙসু হামচৎনবিগনু, নহৎলকমদা হনবিরো, নতে কমদা তৌবিরো। ইদুনিংথৌ নঙবুই চেম্না কৌরিবসি তাদ্রবরনে লায়রবা! পন্থৌ নাক্তা লৈরে, করিগী য়াবা কোলোয় পাউমেন্নব্রিবনো ইদুনিংথৌ

(হায়না ওন-থোইনা কপ্লগা য়াম্থখিবা)।

অঙোমজাম্বা—(মচাবু মতম্পাক্তা পমখৎলগা মচাগী মায়থোংবু চিংনা য়েংলগা চুপ্পী)

অঙোমঃ—পাম্রি ইবুঙোম্নুংশিবা ! ইপানা কৌরিবসিবু তাব্রবরনে? নপা ঐনা হল্লকপা ঊবদা চরৈ নম্মো থাকাৎত্রিঙে ইপাগী শমু নমদা চোংবত্তুনা শান্নবদো পাম্রি ইবুঙো হোগৎলো ইপা লাক্লে শান্নরসি । ইপানা লায়র অদোল তাম্বনা পাম্রি ইবুঙো নহাকপু ননিং থুংনা শেৎহনবা নবুক থম্না পীজবা ঙমখিদেকো খল্লুবদা ইপাগী পায়মা ঊনগোইন্নুং নীংঙমদবা মৈশা লাংলক্লে । ইপানা লোইবী চীংদা কারম দাইদা পাম্রি ইবুঙো নহাক্না পোক্তবী পলেম্মু কিবনা হায়নিং কোঙ্গাই হায়ঙমদা খরাই পোঙ্গাল ব্রাংমদা ইপা ইবুঙো অপোকপা ! তরা লৈকায় ইমাম্নবনা চরৈ শেগায়বা শেৎলি নোকনৈ । শেৎনবা চরৈ অগত্তা লৈবিরকউ হায়না ভোয়না তোয়না পাউমেম্নবদো পাম্রি ইবুঙো হোগৎলো ইপানা চরৈ লৈরক্লে, পাম্রি চরৈ শেৎপিরগে ।

( হায়না ঙহাক কপল্লুরগা )

চীঙু খোয়ুম নোংদম্বা ! অসিরা নহাক্কী নোংদমখোল ! অসিরা নমু তাইবঙ্গী মুঙাইবা পুন্সি হায়বদো ? লায়র অদোল তাঙ্গী মসিনা অব্রা পন্দোল লোম্লব্রা ? হা হা...

( হায়না মচা কায়নবগী মৈচাক্না ঙাওদুনা নোকই ) ।

— ইণ্টরভেল —

## অনিশুবা উৎপা

# লবুক লমহাং

মতম—অমুক্

[ শকুন্তলেম্বীনা মথুত্তা হৈজ্রাং পায়দুনা য়েল্লাং কেঙেঙ্গাই হেক্তুনা লৈ। মতুংদা শারুংহনবা লাক্তুনা শকুন্তলেম্বীদা চিংনা য়েংই।]

শারুংহনবা—শানৌ ইবেম্মা! নিঙোলগী পায়মা মুংগী অরেপ্পা য়াবা খঙজনিংবনা নিঙোল নকাদা পাখং থোংকাপ তম্লকপা কোয়ৌ মশিং য়াল্লে। ঙসি কোয়ৌ নোংদি পায়মা মুংগী অরেপ্পা য়াবা অমতং খঙজনিংববু নিঙোলগী নকাদা ছায়ম্নবা থোক্লগদ্রা ?

শকুন্তলেম্বী—পায়মা মুংগী য়াবা অরেপ্পা চিঙ্গোয়নজগে অঙম্বা! লায়র অদোল তাম্বী নিঙোল চম্নু ঐবু কেগে মোইরাং লৈবাক্কী ফম্লাইবা অঙম্বনা মুংশি লৈপুল ওইসি চিঙ্গোয়নবিবা লাইবক চাউবী ঐগীদি য়ামজেন লাইবক ফবনি, পায়মা নুংদা খঙ্গেদো। নিঙোল ওইবী ঐদি পলেম পম্মৌ অনিগী কোলোয় ময়াথং নঙনা ইনিং তম্বা ঙমজদে।

শারুংহনবা—নিঙোলদা পুক্নীং লেপ্পিয়ু। পলেম পম্মোগী ময়াথং পাখং ইশরুক ওইজগে। নিঙোল পোকপা পলেম পম্মোগী মফমদা ঙাবা পোদোং য়ান তাউজিং হৈজিং কাজগে।

শনুলেম্বী—তাকপিরিবা য়াবা খিবিক নিঙোল ঐবু নুংশিবিবনি পায়মা নুংদা খঞ্জেদো। ম্বাংলেন মতম চাদবনা পলেম পম্ৰোগী মকাদা তাউজিং হৈজিং কাবা নিঙোল খৈনা পামজদে।

শারুংহনবা—নিঙোল করি পায়মা ৱাখল্লো? ম্বাংলেন খুদীংগী মচু তাল্লে ওনবা লৈচিল নোংফাইগুম অরেপ্পা লৈতবা য়াবাবু করিগী চিঙ্গোয়নবিবগে? খঙলোই তারোই নীংবরা নিঙোলগী উনবী পুক্নীং খঙবা শারুংহনবা ঐনি। শারুংহনবা ঐনা নীংথ্রবা উনবী পুক্নীং খনথ্রবা পায়মা ৱাখল নীংহল্লগনি খনগনু। নশুং লাংগীদমক্তা শয়েং পম্বোম থৈনবা চাইনা খোংফেন হান্নদুনা য়াইবী মাঙবা তারবস্থু শমু মায়ওন্নরোইদবনি।

শনুলেম্বী—কেগে লাগোই অথোবনি, মোইরাং লৈবাক্কী ফম্নাইবনি খঙদবা নত্তে নিঙোল্লা। লৈবাক নিংথৌগী কান্নবা ৱায়রা শাথোং অরুবা হুয়েন লানথোং অকনবদা শাথোং থিংনা শাথেংনা লানথোং খঙনা লানথেংনা অথোবা প্যাম্বোম তিংবিরু। তাইবঙনা খাঙবদা ৱারবা ওলাংথাগী শারনা কোরৌ মৈশাবু ফংলগা থম্বাল কৌবী লৈরাংদি লৈকা ফন্না শাৎপনি। মতিক মপা নদবনা অঙম্বগী য়াবা তাবদি উনবী পুক্নীং থুকচদে।

শারুংহনবা—তাজো কেগে চনুরা ? থকসি কারল ঝানাইদা খাসি লিকলেং শৈনাইদা ঝাহৈ খুবাম চাউবদি শারুংহনবা ইতিক খঙদবরা ? নিঙোল ওইবী নহাকপু শমু খুৎজেং পালোয়না পাখং ইরান্দা পুবদা কেগে কনানা খিংলগনি ।

শনুলেম্বী—কেগে লালোই ফম্নাইবা ! পাঙ্গল শোনবী নুজাদা ঝাহৈ খুদাম চাউনা য়ারা কমজাউ হুনববু ইকায় শেঙ্গোই মায়খুদ্রা ? অঙম্বা য়াবা তারগা অকি পরৈ চন্দুনা উনবী পুক্লীং ওনগনি পায়মা নুংদা খনবরা ? নিঙোলগী য়াইবানা হিংলিডৈ খোইজি মিহুল লাংলিডৈ নমজানন। পাখং নরান্দা পুবদি ওইথোক্লোই। নিঙোল ঐগী ইতারোই তৎনা থানা লৈত্রবী ইখুৎস্ত শোরি অসিনা থবাক ঈরম ফংত্তুনা ঈমু ফিরাক খায়রগা য়াইবী থবায় য়াওদ্রবা নিঙোলগী হকচাং পোল্লাংসে অঙম্বা নরানয়াইদা পুবিখো।

(অসি হায়দুনা শনুলেম্বী মখুত্তা পায়রিবা শোরিনা মতোমদা থিনজগে তোরক্লবদা শারুং-হনবনা চেনশিল্লক্কুনা শোরি মুল্লি। মখোয় অনিনা শোরি মুন্নরিডৈদা পাখংবা চঙলকই )।

পাখংবা—চোথে থংমাই পাখংবনা কেগে লৈবাক্তা হিংলিডৈ নমু তাইবঙ কনাদা অয়োল কারল চন্দ্রিবী মুরা চনুরা নহাক্লা কন্নিগী য়াংদো লম্মখাংদা য়াইবী মাঙগে তেমশিংলি ।

(শম্মুলেম্বীনা শোরি থাদোক্লম্লগা পাখংবগী মনাক্তা চেনশিল্লক্তুনা মাগী মরুম থুপতুনা লৈখি। পাখংবা উবদা শারুংহনবা মকোক নোল্লি।)

পাখংবা—(শারুংহনবা উবদা) শারুংহনবা! অঙম্বা নঙ ওইরে। মোমম্মু পাঙ্গল শোনবী কেগে চম্মুরা অমবু ইকায়বা পীগে তেমশিংবা ম্মুঙাইদা অঙম্বা! কেগে মোইরাং লৈবাক্তা অথোবা নমিং তাবদা অকি পরৈ চম্নরিবনি। খুৎম্মু থাংলেন পায়দুনা থাংলেন নোংথাঙ কুপ্পসিরা? চায়না পুং থোম্নদুনা তিগেন তা চায়নসিরা? কোরৌ অচু খাং লাংবল মৈশা লাংনঃ শয়েং পাম্বোম ঙানসিরা? অঙম্বনা পাম্বা করিনো?

শারুংহনবা—রাঙ্গোন নিংথৌ মবুঙো! থক্তী য়েংনা য়ারকপিয়, খাগী য়েংনা য়াতেম্বিয়, নখা থাবা ননাইনি। নদাইরেম শারুংহনবগা খুৎম্মু থাংলেন শৎনদুনা থাংলেন নোংথাঙ কুপ্পবা মপু লেম্বা য়াৎকনি। ঙসি কোরৌ নোংজাদি ম্মুজা মাগী হাকনচং মায়োক্লগে তেমশিংনবিম্মু শরি পন্দোল লোমথ্রে, মপু কাদা য়োঙ্গনিংদে।

পাখংবা— শারুংহনবা অথোবা! ঙসি কোরৌ নোংজাদি মপু মনাইনি খনগম্মু। শাথোং খঙনা শাথেংনসি লানথোং নাইনা লানথেংনসি শামা লেংমাম্নবনি। নঙম্মু ম্মুজা মাবু তালোয় শীংদা চনগে শারি পন্দোল লোমখুবনি। ঐম্ম ম্মুয়া মাগা অপাম ম্মুংশি রায়থুংনসি চৌঙু থাংজীং পলেপ্পা

শক্নি পন্দোল লোমখ্রে। লোকচপ লোকসুং অমম্বা পামব অনি য়াতাবা কৈরেল অনি য়াহিপ্পা য়ায়োইদৌরি অঙম্বা! খোয়মা ইমায় লৈ য়ামঙ্গেম ইনম মুক্লগনুসি।

শারুংহনবা—য়াঙ্গোন নিংথৌ মবুঙো! কেগে মোইরাং লৈকোয়বুং অথৌ লিচা হেপ্পা থয়াং কোন্দাই লোনবা ইকম নাইবা ঐহাক্নি। মপু খুয়া খাদা মুজা মাবু তরাই তরাই কৎ-থোক্নুনা মদাইরেম শক্নি নামুংবা ঙম্মোইদৌরি। পায়মা তিল্লাং খয়োৎনা মপু য়াখল তৌবিয়ু।

পাখংবা—য়াব্রা নপাউ তাবা মুঙাইদা অঙম্বা! য়ারৌ শদুং লৌওম্বনা নোংশা নাক্তা নক্তে কাউরবোইনা অঙম্বা! পোকঙমদনা পোক্লবা নমু তাইবঙ মীপোক্নি শক্নি নামুং ঙাকপদা য়াইবী থরায় মাঙলগা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা অঙম্বা নক্ম হাঙ্গনি। কেগে কনা উদ্রিবঙে শমু গায়ওমজহৌ।

শারুংহনবা—য়াঙ্গোন নিংথৌ মবুঙো! য়াবা কমজাউ হুনবিয়ু। কেগে মোইরাং লৈবাক্তী ইনিংথোনা থুপখ্রগা মৈনা য়ায়না তাংনা শমহোগদবা মবুঙোনি। মুংহৈদবা কেগে ফম্বাল অসি ইহাক থক্তা মুজা মশুং লাংগীদমক্তা মুংহনজনিংদে। কেগে লৈবাক্তী খনবিয়ু মপু য়াখল তৌবিয়ু।

পাখংবা—শারুংহনবা অঙম্বা! ঐগী য়াইবী থরায়না খোইজি যিহুল লাংলিবঙে মুরাগী তুবুম নামা তৎহনবিরগদবা কেগে মোইরাং লৈখাক্তা মরু ইহুল তমদ্রি। য়ায়াম পাউয়াম্বনা অকনবা

শকুপা য়ারা নত্তে। খুৎস্থ থাগলেন পায়খৎলু শরি নামুং ঙাকউ। (হায়না নাকল্দগী থাঙ শৎপদা শন্নুলেম্বী মুংশা থিবা)।

শারুংহনবা—মপু হৈনা তুংইনজগে শারুংহনবা ইতিকস্থ খঙবিখো।

(হায়না থাঙ শকুনা মখোয় অনি য়াম্নবা। শারুংহনবনা হেনজিল্লক্কুনা পাখংবদা থাঙনা থিনগে তৌবদা শন্নুলেম্বীনা মুংশা থিদুনা ইমা হায়না খঙলাউ লাউবদা শারুংহনবনা ঙকচান্নরিদৈদা পাখংবা নাম্বোকখি। মমৈথংদা পাখংবনা হেনজিল্লক্কুনা শারুংহম্বগী থাঙ মৈথবা শারুংহম্না উপায় লৈত্তদুনা লেপ্লা, পাখংবনা মাগী থাঙনা কোখৎতুনা শারুংহনবদা থাঙ পী। শারুংহনবনা থাঙ অদু ওক্লগা অমুক য়াম্নবদা শারুংহনবগী থাঙ তাবদা পাখংবনা অমুকস্থ থাঙ কোখৎতুনা পীবদা শারুংহনবনা থাঙ পায়রগা মরূ লুক্কুনা লেপ্লি)।

পাখংবা—ইপাগী মনাই অচানবনি কেগে লৈবাক্কী ফম্নাইবনি ঙসি কোরৌ নোংজাদি য়াইবী নথবায় কনবিরবনি। মুজা মাস্থ বাঙ্গোন নিংথৌ ঐগী তালোয় শীংদা চল্লবনি খঙজহৌ অঙম্বা!

(হায়না পাখংবনা শন্নুলেম্বীগী মথুৎদাং পায়দুনা পুদুনা চৎখি। শারুংহননা মথবায় মুঙাইতনা মরূ লুক্কুনা লৈহৌই)।

## অহুমশুবা উৎপা ৮৫

# নিংথৌগী অচিকপা কা

মতম—সুংথিল

[ থম্মোইলেম্বী অরাবা রাখল্দা পুরা ভগদদুনা নক্ল লুক্কুনা মায়-
থোং মকশিন্না ফমদুনা লৈ। নিংথৌমু রাখল
খল্দুনা হঙ্গং-হন্দা চত্তুনা লৈ ]।

নিংথৌ—থম্মোইলেম্বী ! অরা মৈশা লাংদুনা রাখল পোৎলুম
পুদুনা মীপাই কোরি কাবনা পারি পুন্সি নুংশাংবা
য়াইবী কনবা য়ারোইদে। মুজা মাগী য়েংদুনা ইহাক-
থক অসিদা নিংথৌ ঈহিশাং কায়ফদে কেগে ফম্বাল
মুৎফদে। লোইশঙ মচা থাখিবা পারি মহাক লাক্লনি
অরা পোথারুরো।

( থম্মোইলেম্বী মথরায় য়ান্না রানা চঙখি। চোথে
থংমাই পাখংবনা লোইশঙ মচানা থোগল তৌদুনা
চঙলকই। নিংথৌ খুরুম্নগা লোইশঙ মচা চৎখি )।

পাখংবা—নপারি লাকচরে সনা য়াথং করম্বা ?

নিংথৌ—পারি ইবুঙো, ইপানা চিঙ্গোয়নগদৌরিবা য়ারাসে তারগা
হেদোই হেনাউ কাঙদুনা নত্তা রাখল খনফদে। পারি
নঙগী য়াইফ কোলোয় ওইনবা পলেম পম্মৌ অনিনা

কোরৌ ৰাংলেন খুদীংদা চীঙু লাইনীং চেৎপনি পায়মা মুংদা কাউগনু।

পাখংবা—ইপা ইবুঙো অপোকপা! কোরৌ ৰাংলেন অমত্তা পলেম পম্থৌ অনিগী কোলোয় নয়াথং হিক্তোকে নপারি ওইবা ঐহাক্কী পায়মা মুংদা খঙ্গদে।

নিংথৌ—অদুনা ইপানা চিঙ্গোয়নগদৌরিবনি। নমু তাইবঙ ঐখোয়সে পলেম পম্থৌগী মাৰা তুংইননা চৎলবদি মপোক্ লাঙোল খুদীংদা ম্মাইফ কোলোয় ওইনৈদো। মৈনা ৰায় তাংনা শম্না কেগে ফম্বাল তোংদুনা ইপাগী ইহুৎ শিন্দুনা ৰাম্লেন থোদা পুদুনা কেগে লৈবাক্কী মপী মপা ওইগদবা নহাক্না লোঙ্গা লোনথুপ্না লৈমা তুয়িল তমবা, য়ুমলেপ চারা লিংবদি অঙম অথৌ খিবিক্না ফৈগাক ফৈনা থিংখনি। লৈবাক লৈমা ওইনবা লৈমরোল মকোক ফম্নবা কেগে চমু অদুদি লৈবাক চঙনা থিগনি। কেগে কনা খঙদ্রিঙৈ অঙম অথৌ তাদ্রিঙৈ খুনখা চমু মহাকপু পলেম পম্থৌগী মফমদা ইপা শমু খুৎশিন্নখিগে।

পাখংবা—ইপা ইবুঙো! খুনখা চমু মহাকসে লৈমা কোনবু পামজদুনা মদোম লাকপা নত্তেদো; নপারিনা লমজিং ওই নিংথৌ কোন্দা খোঙদারকনি। অশোয় পূম্বা নপারিগী ইরাম্নি পায়মা নুংদা খনবিদুনা লৈমা কোন্দা চাক্তাজবা নিংথৌ কোন্দা য়াতাজবা ফংহনবিয়ু মোমনু লাইবক চাউবী মহাকপু।

নিংথৌ—পারি থংমাই পাখংবা ! ইপানা চিঙ্গোয়নরিবসি তিল্লাং গাবু খয়োংনা পায়মা ৱাখল তৌখো। পারম পুরমচন্ত্রগী কায়দনা চৎনরক্লিবা লৈমা নিংথৌ কোনগী চৎনবী পথাপ্পু পারি নওগী য়েংদুনা নহাকথক্তা ইপানা করম্না কায়হনগনি। ইপাগীদি চিঙ্গোয়নরিবা ম্নারাসিনা অরেপ্পনি। থুনখা চম্নু মহাকপু কেগে কনা খণ্ডিদ্রৈঙে মোইরাং কনা তাদ্রিঙৈ মপাম খোঙদাহনখিবা মদু য়ুমদা কুগহনখিবনা পারি য়াইফ ওইগনি।

পাখংবা—পন্থৌ ইপা ইবুঙো ! নমু তাইবঙ গীনা চৎপা হৌন্দবা শাজৎপু নপারিনা করম চৎক্লি। মপু খুয়া খাদা হায়মনববু থোক্লগদ্রা ? ইরোন্দোমগী য়েংদুনা লৈবাক্কী ৱায়েল কিদুনা পোমশাৎনরিবী লৈরাংবু লৈখোক্তগী হেক্লগা কোরৌ মৈশা লাংহন্দুনা মন্নুং গতগ চাদনা শীঙেল মাবু কেমহনবা মপু য়াথং ওইরবসু নপারি ইনবা ঙমজরোই।

নিংথৌ—পারি নকাদা ইপানা অকল অরিং শিংনিংদে। লৈবাক নিংথৌগী য়েংদুনা কেগে ফম্বাল মুৎতনবা ইপাগী য়াৱা ভুংইগ্নৌ।

পাখংবা—কেগে ফম্বাল অসিদি লৈবাক নিংথৌগী মরম্নি। কেগে লৈবাক্কী য়াইফনবা কেগে লৈবাক্তা পীনিংবা মফমদা পীখিবদা নপারিগী পাম্নমা কল্লক মুংদা মীহৌবা লৈজদে।

নিংথৌ—( শাউনা ) পারি থংমাই পাখংবা ! অহল ওইরবস্থ ঐসে কেগে লৈবাক্কী নিংথৌনি। পায়মা লিংজেল থারবা থৌদু নুংগুম কল্লবা তেকশ্রগা শম্বা য়াদবা নপা ঐগী থম্মোয়নি। খুনখা চম্ম মহাকপু বাংলেন থিন্দনা মপাম খোঙ্দাহনখো, মদু য়ুমদা কুমহনখো নিংথৌ ঐগী য়াথংনি।

পাখংবা—পায়মা লিংজেল থারবা থৌদু নুংগুম কল্লবা কেগে নিংথৌ মপারি চোথে থংমাই পাখংবগী য়াইবী থবায়না লৈরিভে মুরা মাবু থাদোকলোই। মপু চৈরাক তুংইন্না লুরেন কেনবা তারবস্থ খুয়া খাদা চিংন্দনা তাংজা লুরেল কচ্চগনি।

নিংথৌ—( শাউনা ) থংমাই পাখংবা !

পাখংবা—ইপা ইবুঙো অপোকপা ! খুংস্থ থাংলেন পায়খংপিয়ু। মোমম্থ মাগী উকল ওই পম্মৌ খুয়া খাসিদা তাংজা লুরেল কচ্চগে।

( হায়না মপাগী মমাঙদা লুকথৈ। নিংথৌ বা ঙাঙ্দনা মরু লুক্কুনা লৈ। থম্মোইলেম্বী মুংশাথিনা চেম্মোয়কুনা মচাবু মখুৎ পায়দুনা চিংখৎলি )।

থম্মোইলেম্বী—পারি ইবুঙো ! অদুগুম্বা য়াবাবু মপু সনা মাঙদা চিঙ্গোয়নবা হৌনব্রা ? পারি নঙ পোকপদগী পারোল পুরোল পূন্নমক মালেম লৈখা খোলহল্লগেরা ? পলেম পম্মৌ ওইবনা মপারিগী য়াইফনবা থৌশিনবনি পায়মা মুংদা খন্দুনা পম্মৌগী ময়াথং ঙাকউ।

পাখংবা—পলেম ! নপাৰিগী ইৰাল ঙাকপিয়ু। পম্বোগী অকনবা ময়াথং নপাৰি ইনবা ঙমজরোই।

থম্মোইলেম্বী—থাবুম তরা নাউপুদুনা ফৈরা তাজিনথক্কা নাউ-য়োক্লক্লবা নহাক্না পাখং শারেপ ফারগা শামা পাঙ্গল চাউরগা পলেম পম্বোবু মীৰাইৰব্র ? পাৰি পাঙ্গল চাউরগা নরুম থুপ্পা নৈদুনা পলেম পম্বৌ অনিগী অৰা খিবিক কোক্কনি পায়মা মুংদা খল্লুবা অরেম্বা ওইহল্লগেরা ? পাৰি থংমাই পাখংবা ! পলেম নমা ঐহাক্কী পায়মা মুংদা চাক্লিবা অৰা খাম্বী মৈচাকসে পাৰি নঙনা কোকহল্লু।

পাখং চি—নপাৰি ঐগীতা খন্দুনা লানজদ্রবী লাইবক চাউবী মাবু কম্বি থক্তা ঙোবা লেমলৈ ঙাগী পান্দমগুম য়ানা মোমনু পুন্সি লেনবদো নপাৰিনা করম য়েংগনি। নত্তে, নত্তে অপোকপী ! অদুগুম্বা অৰা থায়না মৈচাক্কো নপাৰি য়েংবা ঙমজরোই।

নিংথৌ—থম্মোইলেম্বী অঙাং না ওৰা নত্তরে নাউরোই নাউথেম্বগী বাংলেন অদু হোথ্রে। ঐসে চোথে থংমাই পাখংববু পোকপা পম্বৌ ওইরবম্ভু কেগে নৈবাক্কী নিংথৌনি। কেগে নৈবাক্কী য়াইফনবা শীনবা নিংথৌ ঐগী ইথৌদাংনি। লোইশঙ মচা !

( লোইশঙ মচা থোরক্কুনা নিংথৌ খুরুম্মী )

নিঙোল লাকপগী মগাইদা নৈরিবী খুনথা চম্বুদু পলেম পম্বৌ মনাক্তা মুজা মাবু খিনবিক্ল।

( লোইশঙ মচা চৎকে তৌই। পাখংবনা লোইশঙমচা খাম্বদা চৎপা ঙমদত্নুনা লেপ্তুনা লৈ )।

পাখংব— লোইশঙ মচা! পন্থৌ নিংথৌ ইনিংথৌ! ইখুৎচন্না লৈরিবী খুনখা চন্নু মহাকপু মপু য়াথং তুংইন্না লোইশঙ মচা মথুন্তা পীখোকচবা ঙমজরোই।

নিংথৌ—পারি থংমাই পাখংবা! নিংথৌগী চৈরাক ৱায়েল নঙনা থিংফম থোকপ্রা?

পাখংবা—অরান ৱায়েল থৌদাবা নিংথৌগী চৈরাক পরিংদা উহল লাংদা থুবা চেক্লাগুম কৈনা শোনবা তাউবগুম নপারি খাঙ্বা ঙমজরোই।

নিংথৌ—( শাউনা ) কৈশুম শংলেন হঞ্জবা!

( কৈশুম হঞ্জবা খোরক্তুনা নিংথৌ খুরুমই )

নিংথৌ ঐগী চিন্থক্তা থকসি কারন ৱানাইদা খাসি লিকলেং শৈনাইদা চিনয়াম য়াবা খোইশাবা চোথে থংমাই পাখংববু কুরাউ হংলাং চন্দুনা কৈশুম শঙদা থম্মু।

পাখংবা—( ঙক্লা ) পন্থৌ!

কৈশুম হঞ্জবা—( ঙক্তুনা ) ইনিংথৌ!

নিংথৌ—নিংথৌ ঐগী য়াথংনি। ( কৈশুম হঞ্জবা মরু লুকই )

পাখংবা—কৈশুম হঞ্জবা অঙহা! পায়মা চিংনা পৃরৈনগনু।

(হায়না চঙশিন্দুনা মখুৎ পুল্লু হায়বা)

কৈশুম হঞ্জবা—বাঙ্গোন নিংথৌ মবুঙো!

(হায়না ভক্তুনা লেপ্পা)।

পাখংবা—নিংথৌ য়াথং ঙাকপনা কৈশুম হঞ্জবগী মথৌনি। কৈশুম শঙদা পুবিরো কুরাউ হংলাং চনবিরো।

(পাখংববু পুনবা পাখংবনা কৈশুম হঞ্জবগী মাঙ থাদুনা চৎলি। মচাগী মতৌ উবদা খাঙবা ঙগদদুনা থম্মোইলেম্বীনা নিংথৌদা)

থম্মোইলেম্বী—পারি ··· ··· ··· ··· (মচাবু খামজে। য়ারকত্রবদা নিংথৌদা)

থম্মোইলেম্বী—ইনিংথৌ!

নিংথৌ—থম্মোইলেম্বী! কেগে চৈয়াকপুং কুচু থৌদাফমগী বায়েল পরিংদি ইচা মীচা য়েংলৈ মেলৈ নাইফদে।

থম্মোইলেম্বী—(তৌফম খঙদদুনা মচাদা) পারি ইবুঙো মুংশিবা পলেম নগা ঐহাকী পায়মা মুংদা চাক্লিবা অমা খাম্বী মৈচাকসে পারি নঙবু খঙদ্রবরা? মীনুংশি খঙদবা য়ারো শারমচৎ মাঙওইনবা মীহাৎ মীপুল কয়াগী য়ারেকফম কৈশুম শঙলেন মুংদুদা চাবা মখাক নাই তুম্বা মচেৎ খাঙদুনা অমা কোকথোং পুদুনা পারি বাঙ্গোন নিংথৌ মঙনা করম লৈরুগনি।

পাখংবা—পলেম ইমা অপোকপী ! পলেমগী পাম্না মুংদা অমা খুঙ্গৌ চেনকিনু, নপাক্নি মামজেম লাইবক্তা খোয়ুম মানা তমখ্রবননি ।

( হায়ুনা মমাগী খুয়া উফুল লোয়গা পাখংবা চংখি । মচাগী মৈচাক খাংবা ওমদদুনা থম্মোই-লেম্বী নিংথোদা ওনশিন্দুনা ) ।

থম্মোইলেম্বী—ইনিংথৌ ! মসিনা নৈবাক নিংথৌগী অচুম্বা মায়েল পুরিং ওইরবসু পম্মৌ অমা ওইবনা মপাক্নিগী মফমদা ঙাকপিফম থোকপা অদুদি ঙাকপিররোইদ্রা ইনিংথৌ ?

( হায়না নিংথৌগী মখোঙদা তুশিল্লি ) ।

নিংথৌ—থম্মোইলেম্বী ! ( হায়না ওৎনা কৌই ) ।



## মরিশুবা উংপা

# শন্নুলেম্বীগী য়ৃম

মতম—অয়ুক

[ শন্নুলেম্বী মশম মনা ইফা ফাদুনা অমাবা ফিবমদা চিন্তা তৌদুনা থোংজিন্দা ভাদুনা লৈ। ময়ক মরক্তা শিম্ব্রয়কপা পিরাং তৈপোকই। অঙোমজাম্বা মপান্দগী চঙলকই, মচাগী মতৌ উবদা মথয়ায় নুঙাইতনা মচাবু থেমজিল্লি ]।

অঙোমজাম্বা—ইপাগী লাংলেন ইবেম্মা! ইমোম নতৌ য়েংলগা অমা মৈচাক উরগা ইপা খোঙশানবা ঙমদ্রে। ইমোমগী পায়মা নুংদা করিগী অদুক অমা তুরৈ চনবগে? নমু তাইবঙ পুন্সিবু পোয়েপ্তকম খঙবা ঙমগ্রা? অমা নুঙাই মিংকুপ্‌সে নমু তাইবঙগী খোঙচৎনি। অমা মৈশা লাংবনা মায়থোং খেঙুম লাংলিবা ইমোমগী চেংলৌ শকফমদো লৈচিল নোংফাই পকত্রবা মেরা থাগী থানিলগুম কোয়ৌ নোংলেন অমদা তাইবঙ শাৎনা ভাল্লবম্ম কনানা খঙবা ঙমগবা। তম্বা ঙমদবা তাইবঙপাননি অমা তুরৈ চন্দুনা অনং ঈরৈ লাংদুনা কম্বিগী পুন্সি লেনগনি।

শন্নুলেম্বী—পন্থৌ অপোকপা ! নমোম ওইবী ঐহাক্তি শীঙেল লক্তা হায়রগা নিঙোল ওইবীশিংগী চুবা ঙাইতং থন্না থেৎনবা নাচোমগী লৈচল য়াদবী, লৈবাক নিংথৌগী কুমজিং লোইনাই থক্তা থেৎপস্থু মতিক চাদবী খরাই থক্তা হাপ্তুনা লৈরোং লাইদা কৎফদ্রবী পাথী কোমথীদা শাৎপী লৈরাং লক্তা চনখিবনা খোংবান নৌরা পীরেনহে চাদ তাউজিং হৈরাংগুম পৎতুনা পুমদুনা মাংখ্রগদবী নমোম ঐগীদমক্তা পায়মা সুংদা অরা খুরৌ চেনবিরগনু। কেগে কনাগী মফমদস্থ অয়োল কায়ন চন্দবা পন্থৌ নহাকপু নমোম ঐনা লমজিং-ওই কেগে লৈবাক মমাঙদা তাংজ ইকায় ফিরুক খুমহল্লে পায়মা সুংদা থল্লুবদা তাইবঙ মালং পানসিদা রাংলেন মিকুপ অমাফাও নমোম লৈজ-নিংদ্রে অপোকপা।

(হায়না মপাগী মশাদা ঙাশিন্দুনা হিক্কা হিক্কা কপই। অঙোমজাম্বনা মচাবু থেমজিল্লি)

অঙোমজাম্বা— লাংলেন ! করিগী য়াবা অদুম চিঙ্গোয়নবগে ? ইমোমগী য়াবা তারগা ইপাগী পায়মা উনগোইসুং খাম্বী বায়না চাক্লক্লে। নথক্তা নচেম অমা শাৎতে নখাদা ননাও অমস্থ পোমদে। ইপাগী হন্না য়েংবদা ইমোম নহাক নত্তুনা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা ইপাগী কনা লৈবগে ? চীঙু চৈরাক চৈথেংবু লুরেন থক্তা থোংদুনা অরা চৈনা খাংমিন্না খোয়ুম নোংদমখোল য়েংখিসি।

ইমোম চায়া তন্নক্তবা কোরৌ মশীং য়ান্নক্লে। লাইজ ঈপাল লাংদুনা অয়ুক চায়া তন্মুরো। ইপাস্নু ঙসি কোরৌদি থাঙ্গা লৈকায় লান্না তরেৎ শিল্লংঙুখিগে।

শন্নুলেম্বী—নমোন্না করিগী অয়ুক চায়া তম্মোইদদগে? পন্থৌগী শিল্লংবা থেংথ্রগনি খোঙকাপ নৌরৈ থাংবিরো।

অঙোম—ইমোমগী য়ারা ভুংইন্না ইপা তরেৎ শিল্লংঙুখিগে।
( ইমুংদা ওনশিন্দুনা ) হায়! লাংমৈরেম্বী তারিব্রা?

লাংমৈরেম্বী—করি য়ারা চিঙ্গোয়বিগদবা! ( থোরক্লগা )

অঙোম—সে! নমোমগা অয়ুক চায়া তম্মিন্নরো? ঙসি কোরৌ নোংদি তরেৎ কৈথেল কারগনু, ঐ থাঙ্গা লৈকায় লান্না তরেৎ শিল্লংঙুখিগে।

( হায়না অঙোমজাম্বা চৎখি। লাংমৈরেম্বীসু ইমুং চঙখি। ঙহাক লৈরগা নিঙোল্লাকপা লাকই শন্নুলেম্বীনা গোরা লোথোক্লগা থাই, নিঙোল্লাকপা ফমই )।

শন্নুলেম্বী—ইবুং লোইজা নিঙোল্লাকপা! লায়ন নিঙোল ইগাইদা অঙম্বা খোঙদোইবিরকপবু মপু য়াথং করম্বা?

নিঙোল্লাকপা—নিঙোল মতৌ উবদা করি হায়না নবুংনা য়োইদম পাউদন্নসিগে?

শনুলেন্বী—অবা শকলোন পুদুনা নিঙোল নাক্তা লাকপবু পায়মা য়ামা করিনো ? লায়রা অদোল তাম্নবী যোমন্নু লাইবক চাউবী সুজাবু অঙম্বা নরানয়াইদ। থমলুবগী মপু চৈরাক ফংদুনা অরা ফম্বু তারব্রা ?

নিঙোল্লাকপা—বাঙ্গোন নিংথৌ মবুঙো সুরা নখোয় অনিবু লোঙ্গা লোনথুপনজুনা নিঙোল্লাকপা ইরান্দা থমল্যবগীদমক্তা মপু চৈরাক ফংদুনা কৈশুম শংলেন নুংত্তুদা বাঙ্গোন নিংথৌ মবুঙোগা কুয়াও হংলাং চন্দুন্না নৈমিন্নরন্নবদি নবুংগী পায়মা নুংদা অরা মৈশা লাংলম্রোই।

শনুলেন্বী—( পাখক্তুনা ) করি য়াবানো অঙম্বা ! নিঙোল ইশুং লাংগীদমক বাঙ্গোন নিংথৌ মবুঙো কৈশুম শংলেন নুংত্তুদা কুয়াও হংলাং চমথ্রবা ? শাবি থংলেন মহাক্না অরা পোৎলুম পুদুনা কৈশুম শঙদা নৈখ্রগা লাইবক চাউবী ঐহাক্না করম্না ইরান্দা নৈরসিগে। চীঙ্ খোয়ুম নোংদম্ম ! যোমনু য়ামজেম লাইবক্তা অমুক থিনা তম্বিবোই। ইমুং শকপা অঙম্বা ! মচল লাইবক চাউবীবু শাবি নাক্তা পুবিয়ু। চেক্না চাগুম চিদিন্না পোম্বী চাগুম চিন্নরা মুংশি কোলোয় পাউমেন্নজগে।

( হায়না নিঙোল্লাকপদা হাইজৈ )

নিঙোল্লাকপা—মুয়া নতৌ উরগা থম্মোয় বারনা চাক্লক্লে। চীঙ্ খোয়ুম নোংদম্বনা মুয়া পাখং লাইবক্তা কোদৌ শিংবুম

খুরদং ক্ৰায়না মৈশা ক্যাংদুনা অবা তুরৈ চল্লু হায়না তমখ্রবশি। সুরা ন্যাশোল চাঙ্গ্রমম্নু কেগে তাদবা তাখিনি মোইরাং খঙদবা খঙ্খিনি। নশাবি নপাউ অরোনবা সুরা নফমদা তমদে নবুং ঐবা খোঙ শাল্লকপনি।

শন্নুলেম্বী—ইবুং শকপা অঙম্বা! পামু মপাউ তানিংবনা ইপাই কোয়ি কায়ক্লে, চিঙ্গোয় নপাউ শেংবিয়ো?

নিঙোল্লাকপা—নিঙোল নঙগা কায়নবা কোয়ৌ য়াংলেন অদুদগী তরা চাদ-থক্কুনা ইমুং মীশেল থাংদুনা অঙাও তুরৈ চল্লবা তাইবঙ মী ওই মীতৌগুম ঙ'ঙনা শকপা থুমখিদ্রে। মপুং ফাবা থাজগুম ঈংনা শুক্কুংলম্বা মায়থোংদো য়েংবা য়াদ্রে মায়হিংনা। নবুং ঐবু উবদা—"নিঙোল লাকপা অঙম্বা! শানৌ মাগী মফমদা পাথং ইপাউ তম্বিরু। সুরা থুংজেং পান্নোয়না চীঙু থাংজীং পলেপ্না শরি পন্দোল লোম্নখিবা শরি পঙ্গেং য়োরক্লে" তোম্বনা পাউমেননবিরকই
(নিঙোল্লাকপগী যা তাবদা মমাংঙৈদা হৌখিবা থোদোকশিং অদু মথং মথং ওইনা নিংশিংলক্কুনা মমিত্তা উরকই। মনাকোংদা হায়নখিবা যাহৈশিং অদু মথং মথং ওইনা তারকই। শন্নুলেম্বী অঙাওবীগী মতৌগুম তথক তথকই। মনাকোংদা পাঙংবগা হায়নখিবা যাহৈশিং অদু তত্তনা তারকই।)

শন্নুলেম্বী—লোম্নখি, শরি পন্দোল লোম্নখি—

পাখংবা—( মপান্দগী ) "নুরা শমু খুৎজেংদা তেলগী তেনফম লৈরিবা পাখং শমু খুৎদাংদা থাঙগী থাঙফম হক্লিবা নুরা পাখং অনিগী থাঙফম তেনফম অনিসে তলা পামেল উরাংদা পামেল উরাই হকপগুম কাউদ মরা লিচৎনা নুংশি পামেল উনাইবা চীঙু থাংজীংনা কুবিসনু"।

শনুলেম্বী—( অঙাওবীগী মতৌগুম্না খংদউ দাউরকই ) নত্তে নত্তে !

পাখংবা—( মপান্দগী ) "নুংশি পায়মা উনগোইনুং চিংনা পরৈনবিনু। লেঙদবা তলা পামেলগুম নুরা নাক্তগী লেঙজরোই। শানৌ ওইবী নহাক্না পামেল কাদা কায়দোংবী উরী মাগী পান্দমগুম উতোন লোম্না য়েৎপিয়ু। লাকং থাদা ক'গিন্না য়েন্নিং থাদ' চোংমিন্না মাঙং চৈথেং খাংমিন্না নোংজু নুংশা মায়োক্না পুন্সি পোলোই তাম্বফাও শমু খুৎজেং পালোয়নসি"।

শনুলেম্বী—( অঙাওবীগী মতৌগুম্না মাসু জ্ঞান তাদনা নুংশা মপী হোন্দুনা ৱা মখা তারকই )

"চীঙু মাগী নোংদম্না খোয়ুম মাগী চৈথেংনা অখাক অরাও তাহুনা নোংলৈ নুংশিৎ লাক্তুনা তলা পামেল তুরবসু উতোল লোম্না য়েৎচনিংবী পাঙ্গল শোনবী উরীসু কায়দোং পাম্বী থাজরোই নুংশি-পরৈ হঞ্জরোই।"

( হায়না জ্ঞান তাদনা হায়রম্লগা ৱাস্থখি। লাংমৈরেম্বী চেম্থোরক্তুনা শনুলেম্বীবু কোনখৎলি। )

লাংমৈরেম্বী—ইমাগী লাংলেন ইবেম্মা !

( নিঙোল্লাকপা ঙক্তুনা লৈ )।

মঙাশুবা উৎপা

# নিংথৌগী অচিকপা কা

মতম—সুংথিল

[ নিংথৌ তাংখন মনাক্তা লেপ্তুনা খাখল খন্দুনা লৈ।
খম্নোইলেম্বী মতুং ওইরম্না লেপ্লি ]

খম্নোইলেম্বী—পারিগী য়াইফ কোলোয় ওইনবা থৌশিল্লুবদি পারি য়াইবী মাঙনবা কেগে ফম্বাল মুৎনবা নিংথৌ ঈহিশাং তৎনবা থৌশিল্লুবা তারনি ! পারি মাগীদমক্তা অবা তুরৈ চন্দুনা মপু চারা তম্লক্লবা কোরৌ মশীং য়াম্লক্লে। উনবী চফম ওইনবা তরা লুকোই থৌরাংঙ্করে। তরা খরদং—

নিংথৌ—খম্নোইলেম্বী ! ঐগীদমক্তা তরা থৌরাংলিবা? ঐনা কোরৌ শীংবুম খরদং চারা তমদবদা নঙনা য়েংঙমদ্রদুনা অঙাং নাওরা পান্দমঙ্গুম চারা তম্লো নাউথেম্বরি। খম্নোইলেম্বী ! নঙগী পাম্লমা খাখল করিনো ?

খম্নোইলেম্বী—মপু কাদা য়োল্লবম্মু নখা পোনবা ননাইনি অয়োন, খিখিক ঙাকপিগনি ইনিংথৌ ! তরা চাক্লা চফম ওই, লাইজ মানা খোম্মি থল, খবাম্ন মঙা ফাদুনা তাইবঙ পুন্সি হিংনরি। চাদ থক্তা ঈখোলাং, খবায় মানা খোয়্রদাদ

মিরেল মাবু ফাহুনা কোরৌ শীংবুম কয়ানি নমু তাইবঙ ঐখোয়না হিংবা ঙমগদগেনে ইনিংথৌ !

নিংথৌ—থম্মোইলেম্বী ! নশাবি ঐতবু নীংত্রা, নবুকথোক্কী নপারি চোথে থংমাই পাখংববুদি পায়মা মুংশি পরৈন্দবরা ? পারি মাঙ্গোন নিংথোনা মশানৌ কায়না মৈশালাং অরা তুরৈ ঈরৈংল তরা চাদ থক্লনা খোমলেন শাংনা য়াতাদা মদোম য়াইবী মাঙগে তেমশিংংলিবা পারি মাগী মফমদা পলেম ওইবী নহাক্না কোরৌ শীংবুম কয়ারক চারা তমসি নাউথেম্নরুরবগে ?

থম্মোইলেম্বী—কোরৌ শীংবুম খুদীংগী পারি মাগীদগক্তা তরা লুকোই শেমদুনা চারা তমসি নাউথেমজে। অদুবু, পারি ইবুঙো মহাক্তি পলেম মমা ঐগী য়ারা ইপাউ তাখিদ্রে ঙাঙবা শকপা খুমখিদ্রে। পলেম মমা ওইবী ঐনা তোগদবা অসিবু … …।

নিংথৌ—চীঙু থাংজীং মপাউখোল পারি মকাদা কাংথোকপা য়াদবা মতাং থোকখিবনা পারি য়াইফ কোলোয় ওইগদ্রা পায়মা মুংদা খন্দুনা অশাউ শকলোন উক্তুনা অকনবা য়ারা চিঙ্গোয়না তালোয় তুয়িল তমফদে মপা। ঐনা খিংদুনা কৈশুম শংলেন মুংদা খমখিবনি। পারি মানা চারা তমদ্রগা … … নত্তে নত্তে ঐ চারা তমখ্রবোই থম্মোইলেম্বী !

নিংথৌ—চীঙু থাংজীং মপাউখোল অকাউ পন্নৈনরব্রা ? চহী কুমজা কন্না পারি ইমোম পোকচগে চীঙু লাইথোং খুদীংদা হৈরাং নৈরাং কংলগা চীঙু খুয়াদা নিদুনা ফংজবা পারি মাবু খাঙু থক্কা করম্না............।

( মকোক ঙাওদুনা শুংশামপী হোল্লি )

থম্মোইলেম্বী—পায়মা লিংজেল খাবা পারি ৱাঙ্গোন নিংথৌনা কৈশুম শংলেন শুংদুদা মদোম য়াইবী মাঙলবদি পলেম পম্বৌ ওইবা ঐখোয়না য়াইবী লোবা তারোইদ্রা ? নত্তে, কৈশুম শংলেন শুংদগী পারি মাবু থাদোকপীরো। পারিবু নাক্তা থমদুনা চারা তমনবা নাউথেমজগে কেগে পনবান লালহল্লোই।

( নিংথৌ জ্ঞান তাদদুনা ৱা খুমদনা তুম্মিন্না লৈ। মতমসিদা লোইশং মচা অমা চঙলক্লুনা নিংথৌ খুরুমলে। )

লোইশং মচা—লিক্লাই ঙাঙোই ইনিংথৌ! কৈশুম শংলেনহঞ্জবা অঙম্বনা মপু খুয়া খাদা চঙজরকলি!

নিংথৌ—ৱাংলেন থিন্দনা চঙহল্লকউ !—

( লোইশং মচা খুরুম্নগা থোকখি। ঙহাক লৈরগা কৈশুম শংলেনহঞ্জবা চঙলক্লুনা নিংথৌ খুরুম্মী )।

কৈশুম হঞ্জবা— লিক্লাই ইবুঙো ইনিংথৌ! য়োল্লবদা কনবিয়্ব লাল্লবদা ঙাকপিয়ু। কেগে থৌরাং চাউরবা লোইজা নিঙোল্লাকপগী অরোন খুজিল থৌরাংদা ৱাঙ্গোন নিংথৌ মবুঙো মখুত্তা থাঙলেন খুরা পায়দুনা লাঙ্গোই শগোল তোংদুনা কৈশুম লাম্না চেনখ্রে। থাঙলেন নোংথাং কুপ্লম্বা ৱাঙ্গোন নিংথৌ থাঙহাইদা লোইশং ঙাকপা অমত্তা ংনাক নকপা ঙমখিদ্রে। ফত্ত লৌশিং চাউরবা নিঙোল লাকপা অঙম্বা হাওনা তুংবুল পরৈলাক স্নথোঙদা থমজরি; সনা য়াথং করম্বা?

থম্মোইলেম্বী—(মুংশা থীদুনা) পারি ৱাঙ্গোন নিংথৌবু লাঙ্গোই শগোল তোংদুনা কৈশুম লাম্না চেনখ্রবরা?

নিংথৌ—হা—হা ... ... ... ...

(অঙকপা ৱা অসি তাবদা জ্ঞান মাঙদুনা ঙাংবন্দগী হৌগৎলগা কোয়চৎ চৎলি। হৌখিবা ৱাশিং নীঙশিংদুনা অঙাওবগী মতৌশুম মতোমদা নোকই)।

চীঙু নংগী নোংদমখোল হা—হা ... ... ...।

(মতম অসিদা লোয়শঙ মচা অমা চঙলক্কুনা নিংথৌ থুরম্মী)।

কৈশুম হঞ্জবা— লোইশঙ মচা! করি অথুবা পাউ?

লোইশঙ মচা—কেগে মোইরাং মপুরেল। খুনখা চন্নু ইবেম্মা শন্নুলেম্বীবু পোকচবা অঙোমজাম্বা মপানা মপু খুয়া খাদা চঙজরক্লি।

( নিংথৌনা চঙহল্লকউ হায়না ইঙ্গিৎ তৌরবদা লোইশঙমচা খুরুম্লগা থোকখি। অঙোমজাম্বা চঙলক্লুনা নিংথৌ খুরুম্মী। নিংথৌ বা ঙাংদে মুন্না য়েংই )।

অঙোমজাম্বা—ঐবু লোইবা লৈগাব', ঙাঙোই লৈবাক মপুরেল! য়োল্লবদা কনবিয়ু লাল্লবদা ঙাকপিয়ু। অঙোমজাম্বা ননাইনা মপু খুয়া খাদা হঙ্গৎচরি, বাঙ্গোন নিংথৌ মবুঙেনা লায়র ইগাইদা লাক্লুনা ইমোম লাংলেন শন্নুলেম্বী লাগোই থক্তা হাপ্লগা কেগে পনবান লানখ্রে।

নিংথৌ—কয়ি অঙোমজাম্বা! নমোম লাংলেন শন্নুলেম্বীবু পারি বাঙ্গোন নিংথৌনা নমজান্নবা পুখ্রবা? অঙোমজাম্বা! নমোমগী য়াইফ কোলোয় ওইহনগে পায়মা মুংদা থল্লবদি বাংলেন থিন্দনা নমোমগী খোঙ্গুল লীদুনা নমোম লাংলেন ফাজিল্লু, নিংথৌ ঐস্থ খোংগী লাম্মী থাদুনা পারি মাবু ফাজিন্নবা থৌরাংগে। চহী কুমজা থরদি পারি বাঙ্গোন নিংথৌ লৈমা তুয়িন তমদুনা য়ুমলেপ চারা লিংখিরোই নিংথৌ ঐগী অরেপ্পা শরিমি। লোইশঙ মচা কনা লৈ।

( লোইশঙ মচা থোরক্লুনা খুরুমলে )।

নিংথৌ— কেগে শারুংহনবা কৌরু। অঙোমজাম্বা নহাকসু
ব়াংলেন থিন্দনা নমোম খোঙ্গুল লীরুচো।
( লোইশঙ মচা খুরুম্লগা থোকখি )

অঙোমজাম্বা—ইনিংথৌ !—
( হায়না খুরুম্লগা থোকখি। নিংথৌ ব়াখল
থোক্তনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি। অতোপ্পা
মায়কৈদগী শারুংহনবা চঙলকই ) !

নিংথৌ—কেগে লাল্লোই ফম্লাইবা অঙম্বা নহাক নত্তনা নিংথৌ
ঐগী পায়মা মুংগী অব়াবা মৈচাকসে কোকহনবা ঙমগ-
দবা কেগে কনাসু লৈতে।

শারুংহনবা—মপু সনা নোংদম্বিগনি। নদাইরেম শারুহনবনা
ঙমগদবা লৈরবদি লৈবাক নিংথৌ য়াইফনবগীদমক্তা য়াইবী
থাবা তারবসু শমু মায়ওন্নবতদি তৌরম্লরোই।

নিংথৌ—প্যারি ব়াঙ্গোন নিংথৌনা লায়রা অদোম তাম্লবী খমনৌ
অয়েং চেংলবী খুনখা চসু শন্নুলেম্বীবু লৈমশিংদা চননবা
লাগোই শয়াং থক্তা হাপ্তুনা পলেম পম্থৌ মগাইদগী
নমজাম্লনা পুখ্রে। অঙম্বা নহাক্না খোংমী লাম্মী লোয়ননা
লাগোই শগোল তোংদুনা পাম্বি খোঙ্গুল লীরুচো। মুজা
মাবু থায়দোক্তুনা পলেম পম্থোগী মখুত্তা শিন্নরু।

থম্মোইলেম্বী—নত্তে, নত্তে, শারুংহনবা অঙম্বা ! ইনিংথোগী য়াথং তুংইনন। পাল্লি শমু মখুত্তগী মুজা মাবু নমজানননা মুল্লুগমু, শামা লেংমান্নবদি ঈমু নাইমু তাননদুনা য়াইবী মাঙবা য়াই। পাল্লি মাবু মুজা মাগা লোয়নননা পলেম মমা ঐগী ইখুত্তা অঙম্বা নঙনা শিন্নবিয়ু।

নিংথৌ—অঙম্বা ! পায়মা নরৌশিংনা শামা নপাঙ্গলনা পাল্লি মাগা মুজা মাগা থায়দোক্লবদা শামা নতেঙ প্যাংনবা খোংমী লাম্মী মতিক চানা পুখো। য়াংলেন থিল্লগমু কেগে পনবান লানখ্রগনি অঙম্বা খোঙশাল্লো।

শারুংহনবা—ইনিংথৌ ! (হায়না খুরুম্মী)



## তরুকশুবা উৎপা

# চৌংগী লোকচপ

[ চৌংগী লোকচপ্তা ঈশিং চেম্বুবা, থেল ওইবা মফমদা উ অচৌবা অমম্ব হোই। মকম অসি য়াম্না শুকই, য়েংবদা অকিবা পোকপা মফমনি। উ-বা, উরী-বারীনা শিন-থুংনা হৌরি। শনুলেম্বীনা হাওফি শেত্তুনা মতা কাইদিজিলুগা লোয়ননা উপাম্বী অসিগী মখোংদা ফমহুনা বারী শারি। মনাক্তা ঈশিং শোক্লবা চফু অমমমম্ব থমই। ]

কাইদিজিলু—খোয়নৌ নংকী মফমতা য়াবা খর চিঙ্গোয়নকে পায়মা সুংতা খল্লকপা কোরৌ মশীং য়াম্লক্লে। নতাকী য়াবাসি তারকা খোয়নৌকী পায়মা সুংতা পুকলৌ পারৌবতি য়াতেকো। নখোয়নৌ ঐতি চীংতা তোংপী ওইপনা তমকী হৌনা লোনচং থংতপীনি পায়মা সুংতা থনপীহুনা য়াবা থুপচারপীকম্বু।

শনুলেম্বী—খোয়নৌ পায়মা সুংদা করিগী চিংন পরৈনবগে? ইতাগী নফমদা করিগুম্বা য়াবা অমত্তা থুপচরোই। চিংন পরৈ নৈতনা চিঙ্গোয়নবিয়ু।

কাইদিজিনু—খোয়নৌ নহাক্লা সুভাই মরাং কায়রপা! নয়ুম কেকে মোইরাং লৈপাক থাদোক্তুনা লোইপী ইশাইকোন অসিতা খোঙদোইপিরকপপু ... ... ।

শনুলেম্বী—খোয়নৌ ইতা ইবেম্মা ! নতা ঐদি পাৎথি কোমথিদা শাৎপী শীঙেল লৈরাং ওইখিবনা মপুগী লোইনাই কুমজিং থক্তা থেত্নুনা কেগে লৈবাক মমাঙদা লেম্নবা য়াদবনা লৈখোক্তুগী কেন্দুনা মালেম লৈদা তাদুনা মাঙলগদবা ঐবু য়াঙ্গোন নিংথৌ মবুঙোনা লৈখোক্তুগী হেকতৎলবা লৈরাংবু করম্না য়াংদৌ লম্মাখাংদা কন্দুনা মাঙহল্লসিগে পায়মা সুংদা খন্দুনা পম্মৌ চীংশাং লাকপগী লোইবী মশাইকোন্দা কোয়ৌ শীংবুম খরদং মরুম থুপকে লাকচবনি।

কাইদিজিনু— য়াম্বা অতুপুতি ঐসু মতায়ে। নতাকী পায়মা সুংতা খঙনি ঙিপতি খোয়নৌ নঙসু য়াংকোন নিংথৌ মপুঙোনা তালোয় শীংতা চল্লকা ইতা নহাকপু য়াংকোন নিংথৌকা লোয়ননা কেকে মোইরাং নিংথৌনা য়াইপী লোগে তেমশিংলিপা। অসিপু নয়ুম কেকে মোইরাং লৈপাকী চৎনপিরা ?

শনুলেম্বী—খোয়নৌ ! কেগে নিংথৌনা নতা ঐবু অমদি য়াঙ্গোন নিংথৌ নবুঙোবু য়াইবী লোগে তেমশিংদেদো। লায়র

অদোল তান্বী ঐবুতন্থু লৈমা শীংদা চন্দুনা লৈমা নিংথৌ কোন্দা পুন্সি মুংশাংনা য়াঙ্গোইবদু ইনিংথোনা খৈনা পামদদুনা নাইতোম তানবা থৌশিনবনি।

কাইদিজিলু—খোয়নৌ য়াবা তাপতি পায়মা মুংতা খোইরাং লিলাংঙি, খোইথিৎ লিনথিৎলি। নয়ুম কেকে মোইরাং নিংথৌকী পায়মা পিপুক অসিতি ফংমনবেতনা খোয়নৌ! মপারি রাংকোন নিংথৌনা প্যায়মা খোইতাপা নিঙোল চন্থু খনচতুনা য়ুমলেপ চারা লিংপতি লায়র অনং করিকী থীপকে? তংনা থানা য়াতপা শাপি শানৌ অনিপু নাইতোম তানপা থৌশিনপা নমু তাইপং মীকী হৌনা লমচৎ নত্তেনা। নমু তাইপং ঐখোয়তি থমপু থমখো, পোমপী চেক্লা ফাওপা মথংলেন নাক্তা থমতুনা পামেল কৈরাতা কায়তোংম্নিতুনা চেক্লা চিনতিন্না পোমপী চিল্লক্করিপনিন্না।

শন্নুলেম্বী—নতা ঐগীদমক্তা খন্দুনা ইতাগী পায়না মুংদা খোইরাং খোইশাউবিগনু। পন্থৌ কবুই চীংশাংলাকপগী মশাই কোন্দা লৈদুনা ইতা নঙগা লৈমিন্নবা ফংজরিবসি নতাগী য়ামজেম লাইবক ফবনি।

কাইদিজিলু—পন্থৌ চীংশাংলাকপনা খোয়নৌ নংকীতমক্তা চুং ওইনা লেপ্লিঙৈতা কেকে মোইরাং কনানা খোয়নৌ নহাকপু মথংলেন কায়না মৈশা লাংহনকনি। খোয়নৌ

নহাক্না নপুঙো ৱাংকোন নিংথৌকা লোয়ননা লোইপী ইশাইকোন অসিতা পুন্সি ৱাংলেন চূপ্না য়ুমলিং খুল্লিংতুনা লৈরপাতি নতানা হেন্না নুঙাইচনি। তমদা চাউপী ইতা নহাক্কা চীংতা পোকপী নতাকা পামেল উফৈদা তোংগিন্না লপুক লক্ষাংদা চাক্তামিন্নপা চেক্লা চাকী পানতমকুম কোয়ৌ শীংপুম কয়ানি নয়োন ইয়োন তম্নতুনা পায়মা পুকচেন খংনতুনা হয়াও নুঙাই য়াকাতম চামিন থক-মিন্নতুনা লৈরকা করিকুম্বা ইতা নহাক্না নয়ুম কেকে মোইরাং পা-খিপা তারপদি নতা ঐহাক্তি কায়না মৈশা লাংহৌকগৌরিপনি।

শন্নুলেম্বী—নমু তাইবঙ খোংচৎপু অসুম মওইরে তাইবঙ কনানা খঙগনি। চীঙু মাগী নোংদমখোন্নি। চীঙু মাগী শিন্থাবু অৱা নুঙাই থিদনা লুরেন কোক্তা থোংদুনা চীঙু শিন্থা তুংইন্নবনা তাইবঙ ঐখোয়গী ইথৌদাংনি। কোয়ৌ অসি ৱাইশিল্লক্লে, লাইজ ঈশিং শোকলুরসি।

( অসি হায়দুনা মখোয় অনি ঈশিং শোকই। মতম অসিদা অরাপ্পদগী চূই ময়াম খোংবগী মখোল তাই। ঙহাক লৈরগা হাও পাখং অমা চেনশিল্লকই )

কবুই পাখং— নংমুগোয় সনসিমৈ পৎপুংঙে কতুম্মা তৎথো তৎথো।

কাইদিজিলু—অপুং তবুইতোং শনপিমৈপা।—

কবুই পাখং—চিংচাংথৌ মোয়রাংরিমৈ বুইবাং সিনলানা গোংগেথে ( শন্নুলেম্বীদা ওনশিন্দুনা ) কাইদিজিলু, ইচল মোইরাং চন্নু! নখোয় অনিবু ফাগদপকী মওংকুম মোইরাং নিংথৌ কী খোংগী লাম্মী খরা লোইপী নাপোম হাইথরকপা অসিতা নাথুপ্পুনা লৈরম্মী। নপুং ঐপু উবদা ইচল মোইরাং চন্নু নহাক্কী মায়া কোলোয় হংলকই। নপুং ঐনা পায়মা ঙংদা চিংনা পরৈনতুনা পায়মা ম্নায়া থুপচান্না নাগৈতুনা থুরম্মী। নপুং ঐনা পাম য়ানগে খোঙশানপদা লোইপী চীংখাংদা মোইরাংগী অঙম অথৌ খোংমী লাম্মী খরা খুৎসু থাংলেন তিমেন তা প্যায়তুনা পামবা শা-তানপকী মওংকুম হুয়েল লানদারকপকী মতোকুম লোম্না থুম্না লোইপী চীংচেপ্পা কারকহৌই। ইচল নখোয় অনিকী খুদোংথীপা থোকদ্রা পায়মা ঙংতা খনতুনা পাউতাক্লপনি। ঐগী হৈনা ইতুং ইল্লকউ নখোয় অনি থিনপিরমকে। ইচল নঙতি তমদা তাপী চন্নুনিনা লোইপী চীংদা লাইজ পুল্লাং পুতুনা কাপা ঙম্লোই। কদায় ইচলগী পুল্লাং অতু ইপুং পুপিগে।

( অসি হায়দুনা শন্নুলেম্বীগী ঈশিং পুল অতু লৌরগা মখোয় অহুম থুনা য়াংনা চৎখি। ঙহাক লৈরগা খোম্বা, থোইবা অনিনা খুদোম্বী থিন্দুনা লাকই )।

খোম্বা— পাথৌ শোয়রোই ! নুজাগী শওং শাদাসি হাওফি শেৎলবস্থ লোইবী চনুরা মান্দে ।

থোইবা—পাথৌ ! নঙনা চিঙ্গোয়মরিবা অসিবু তুংদা খোঙথাং কায়না ইন্নরিবী তুংহল মিৎয়েংনরিবী পুল্লাং কোকথোংন্দবী নুজা অসিবুরা ? ( য়েংবা )

খোম্বা—মানি য়েংউ ! হাওফি শেৎলবস্থ মহাক খুনথা চনু শনুলেম্বী শোয়রোই । ( হায়না মুন্না য়েংই ) ।

থোইবা—নঙনা চিঙ্গোয়নরগা হেন্না মানশিল্লক্লে । লোইবী পাখং অসিগী য়াইবী থবায় লোরগা নুরা শনুলেম্বীবু ফাদুনা শারুংহনবা অঙম্বগী মফমদা পীরুরবদি খোঙা চাউনা ফংগনি । খোঙশাল্লসি ।

( হায়না চৎকে তৌবদা খোম্বনা থামই ) ।

খোম্বা—পাথৌ নঙবু পায়মা খোয়দাখোনে । লোইবী পাখং অসিগী য়াইবী থবায়স্থ লোহোদা, নুরা মাবুস্থ ফাহোদা হুয়েল লাননংদুনা ভোকদ্রা ? ঐখোয়গী থোরাংসি খজিক নাশোল ফংখিবদা লোইবী হাওয়াম্না হুয়েল লান্দারক্লুনা খোঙা ফংবরা হায়ববু য়াইবী থবায়দুম মাঙগনি । অদুগী শরুকপুদি শারুংহনবা অঙম্বগী মফমদা নুরা মাগী অশেংবা য়াবা ফিগৈ পাউদমলুসি ।

( হায়না চৎকে তৌবা মতম অসিদ শারুংহনবা, থাঙ্গ-রাকপনচিংবা খোংমী লাম্মী খরগা চঙলকই ) ।

শারুংহনবা—ইদাইরেম ! চোথে থংমাই পাখংবা, নুরা শনুলেম্বী অনিগী খোঙ্গুল লীরুবা ফংলব্রা ?

খোম্বা—অঙম্বা ! অরেপ্পা য়াবাদি চিঙ্গোয়নবা ঙমদ্রে । আদা লোইবী চীংদোল তম্লিবী তুংদা খোঙথাং কায়না ইন্নরিবী পুল্লাং কোকথোংন্দবী চরে হাওফি শেংলিবী নুজা অসি অঙম্বা মিংয়েং তাবিয়ু। মসি খুনখা চনু শনুলেম্বী নত্তবরা ?

শারুংহনবা—( চঙশিন্দুনা মুন্না য়েংলগা ) ইদাইরেম ! তুংয়ান তাবা য়েংবদা ওইগদ্রা মীংঙি নুরা শনুলেম্বী ! খোঙথাং অসিসু লোইবী চীংশাং কারক্তবী নুজাগী খোঙথাং মাল্লি। ইদাইরেম ! হয়েং ইনুং ৱাঙানবদি কোরৌ চুপ্পা লমলেন অসিদা নাথুপতুনা লৈসি। নুজা মানা খুনখা চনু শনুলেম্বী ওইরম্লবদি লাইঙ্গ ঈশিং শোকপা লাকপদা খুদক্তা ফারগা ইয়ুম কেগে মোইরাং লৈবাক তান্না পুগদবনি। চোথে থংমাই পাখংবদি নুরা মাগী খোঙ্গুল লীরকপদা ইয়ুম কেগে মোইরাং য়োজরক্কনি । নুরা মাদা ফানবা থোরাংখিসি।

থাঙ্গারাকপা—অঙম্বা ! পায়মা খোম্দানা ৱাখল তৌবিগনি। ৱাঙ্গোন নিংথৌ চোথে থংমাই পাখংবনা মশানৌ শনু-লেম্বীগা কবুই চীংশাংলাকপগী মশাইকোন্দা শাই-

দাংবসি তরাই তরাইনা শাইদাংলমলোই। নুজা মাবু নমজাননা ফাক্রুরগা লোইবী হাওয়াম অসিনা ঝাঙ্গোন নিংথোগী উকল ওইহুমেল লান্দারক্তুনা নুজা মাবুসু ফাহৌদা য়াইবী মাঙদুনা তোকত্রা? থোরাং অসিগী মহুত্তা কবুই চীংশাংলাকপদা ইনিংথোগী য়াথংনি চিঙ্গোয়নদুনা য়াবা ঝাতান্নরগা থেনদুনা নৌদুনা ঝাঙ্গোন নিংথৌ মবুঙোবু নুজা মাগা লোয়ননা ইনিংথোগী মনাক্তা পুবনা য়াইক কোলোয় ওইগদ্রা খনজেদো অঙম্বা!

শাক্রুংহনবা—থাঙ্গারাকপা অঙম্বা! পায়মা নুংদা কয়িগী চিংনা পরৈনুরি। কবুই চীংশাংলাকপদি কেগে নিংথোদা কুমজা লোইপোৎ কায়িবা ইনিংথোগী মঙাইনি।

থাঙ্গারাকপা—অদুননি, পায়মা নুংদা চিংনা পরৈনরিবসে?

শাক্রুংহনবা—করম্না অঙম্বা?

থাঙ্গারাকপা—কেগে নিংথৌ ইনিংথোগী মঙাই ওইরিবা কবুই চীংশাংলাকপনা মবুকথোক্কী মপারিঙ্গুম পায়মা থৈনা নুংশিদুনা ঝাঙ্গোন নিংথোগী চুং ওইনা লেপ্লরবদা নুরা শকুন্তলেম্বীবু নমজাননা ফাবসি লোইবী চীংশাং নাপোমবু লুমেন কোকথোংনগে থোরাংবা তাগনি।

শাক্রুংহনবা—করি য়াবানো অঙম্বা! য়াইবী মাবু পাম্মুদুনা ইনিংথোগী ময়াথংবু কয়িগী মালেন নৈদা তাহনগদগে?

ইনিংথৌগী উনবী পুক্লীং থুংনবা হোৎনবদা কেগে কম্লাইবা অঙম্বা ঐখোয়গী ইথোদাংনি। লোইবী হাওয়ামগা করিগুম্বা হুয়েল লাম্ভেংনদুনা য়াইবী মাঙবা তারবস্তু ইনিংথৌগীদমক্তি খন্দুনা নোক্লা নোক্লা য়াইবী থাদোকসি। ইনিংথৌ য়াথং ঙাকপদা ঐগী হৈনা ইভুং অঙম্বশিংনা ইনবিরকই।

(মতম অসিদা অরাপ্পদা হাওবুং য়ৈবগী মখোল তাই)

তো! চিঙ্গোয়নরিঙৈদা হুয়েল লানবুং য়ৈরক্লে। লোইবী হাওয়ামগা হুয়েল লাম্ভেংনবস্তু য়াই অদুনা হুয়েল লাম্ভোং শীনদুনা লমলেন মতা য়েংদুনা লানবন শান্নবা থোরাংক্লসি।

(হায়না ময়াম চংখি)।

